ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯒꯤ ꯏꯇꯤꯍꯥꯁꯇꯥ ꯃꯌꯦꯡꯕꯝ ꯑꯥꯅꯟꯗꯃꯣꯍꯟ

# মণিপুরগী ইতিহাসতা ময়েংবম আনন্দমোহন



এপ্রিল ৩০, ১৯১১ – অগষ্ট ১৬, ২০০৫


এদিটর

নিংথৌজম ইনাওচা সিংহ






মণিপুর লাইব্রেরী এসোসিয়েসন (মালা)

ইম্ফাল

ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯒꯤ ꯏꯇꯤꯍꯥꯁꯇ ꯃꯌꯦꯡꯕꯝ ꯑꯥꯅꯟꯗꯃꯣꯍꯟ

# মণিপুরগী ইতিহাসতা ময়েংবম আনন্দমোহন

এদিটর

নিংথৌজম ইনাওচা সিংহ




মণিপুর লাইব্রেরী এসোসিয়েসন (মালা)

ইম্ফাল

**Manipurgee Itihasta Mayengbam Anandamohan**

(Mayengbam Anandamohan in History of Manipur)

*(A collection of 7 (seven) research papers presented by different resource persons in the One Day Seminar organised by the Manipur Library Association, (MALA) synchronising with the closing of the birth centenary of Late Mayengbam Anandamohan Singh held on 30th April, 2012 at Imphal)*

First publication : 2012

Published by Dr. Ch. Ibohal Singh, General Secretary on behalf of the Manipur Library Association (MALA), Imphal

Editor : Shri N. Inaocha Singh

Editorial Board :
1. Dr. N. Giridhari Singh - Chairman
2. Smt. L. Sabita Devi - Member
3. Shri. R.K Rameshore - Member
4. Shri. N. Arvind Singh - Member




No. of copies : 500

Price : ₹ 100.00

ISBN : 978-81-923228-6-5



Printed at : Iboyaima Printers, Loklaobung, Imphal-795001, Manipur, India.

# এদিটরগী ৱারোল

মণিপুর খুন্নাইদা তুংলমচৎকী মীরোলগীদমক্তা মানা মানা ঙমজবা দান কয়া তৌদুনা লাক্লি। ঈশৈদা, শান্নবদা, কলচবদা, সাহিত্যাদা, সমাজ সেবিকা অমা ওইনা। মখোয়শিং অদুনা হিংলিঙৈ খুন্নাইগী কান্ন-ৱা তান্নজহৌবগী মতম লৌহৌদবা, নোংমৈদি শোযদনা শিরগনি খঙলবসু। অদুবু লাইওইখ্রবা মতমদতা তান্ন-তিক্লহৌদবগী, কান্না-ৱা তান্নজহৌদবগী নিংঙমদবা কয়া থম্মোই লাইমন ওইদুনা লৈহৌই। অসিগুম্লবা নীংঙমহৌদ ৱারী কয়াগী মরক্তা শ্রীময়েংবম আনন্দমোহন সিংহসু অমনি। মাইথোং য়াম্না অহল ইবুংঙোনা শোক্লমদবা থেংলমদবা লৈরমদবা কয়ানা ঙসিদি ঐখোয়গী তাংলবা লননি হায়বসি থেংলবা মতমদা খঙলক্লি। মণিপুবদা নিংথৌগী সাশন, বৃটিসকী লৈঙাক, ইন্দিয়া লৈঙাক নিংথিনা মহাও তংলবা মীশক ওইবদা নত্তনা লৈঙাক অহুমগী মরু ওইবা থৌপুবসু ওইনা লৈবকখিবনি। শ্রী আনন্দমোহননা লৈঙাকলোই অমা ওইনা, ওঝাগী শিনফমদা লৌবম্বা থৌদাং, অইবা অমা ওইনা, ইতিহাসকার অমা ওইনা, লাইব্রেরী চাওখৎনবা হোৎনরম্বা অমা ওইনা অমমমতা নৈননবদা অচৌবা ভোলুম অমা ওইবগদবনি। অদুবু সুপচিন্নবা মতিং লৈববা ৱারেং ৭ (তবেৎ) যাওবা লাইবিক অমা মীযামদা খুদোলজবনি। হৌখিবা ৩০ এপ্রিল ২০১২ ইং মণিপুর লাইব্রেবী এসোসিএশননা শিনবা আনন্দমোহনগী চহি চাম্মা সুবা মপোক কুমওন লোইশিনবগী থৌরমদা মীয়ামদা খুদোল তমজখিবা ৱারেংশিংনি। তশেংনমক ৱাবেংশিং অসিনা আনন্দমোহনবু খংনিংবা নৈননিংবশিংদা লমজিং মৈরা অমা শোইদনা ওইগনি। তরু-তরুবা ফিজোলনা মতম চুপ্পদা লৈতেংবা নোকমি নোকমিবা মাইথোং পুবা অহলসিনা সরকারনা হন্না য়েংবিদ্রবা লাইব্রেরীবু উকুরগা হাযখিবা ৱাহৈ "প্রজা শিংগৎলক্লগা সবকার ৱাগনি হায়বদগী লাইব্রেরী চাওখৎহন্দবনি" ষ্টেট সেন্ট্রেল লাইব্রেরী মৈ থাবগী পাউ তাবদা খুদক্তা হায়খি "লাইব্রেরী চাকপা নত্তে, ঐগী কোক মৈ চাকপনি"। মতিং লৈরবা ৱাহৈ খরাসিনা লাইব্রেরীগীদমক চেঙ্গা-চোংজরিবশিংদা থৌনা

হাপ্পীবা অসি তশেংনমক খুন্নাইগী থৌমী অমগী গুণনি হায়নিংই। মদুমক্লনি লাইব্রেরী চাওখৎনবগীদমক্তা ক্লাস নাইন তমলিঙৈদা যুবাবতি মমোরিএল লাইব্রেরীদা (৭ এপ্রিল ১৯২৭) লাইরিক কয়া খুদোল তমলমখিবনা ময়েক লাববা খুদমনি।

মণিপুরগী ৱাংমদা তানশিল্লুরিবা লৌশিংদু ইরমদমগী কাংখুলদা থাদুনা তুংলমচৎকী মীওইশিংবু মীথোই মীহেন্নবা হোৎনজরম্বা অহলশিংগী মরক্তা পাবুং আনন্দমোহনসু অমনি। ৱাংলবা চীং কাগে হায়রবদি খোং অনিমক থাংলবতদা চীংদোল যৌবা ঙমগনি। সরকার অমদি প্রজা অনিমক থোং মান্নববতদা চাওখৎপা খুন্নাই অমা ওইবা ঙমগনি হায়না থাজখিবা মীশক অমনি। লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা ইদিটোরিএল বোর্ডকী মেম্বর পুন্নমক্লা চাওববা মতেং পীরিবিখিবগীদমকসু থাগৎচবি।

তেল্লবা মতমগী মনুংদা ইবোয়াইমা প্রিন্টর্সকী প্রোপাইটর অমদি ষ্টাফশিংনা লাইরিক ওইনবা হোৎনবদা চাওরবা থৌদাং লৌবিখিবগীদমকসু থাগৎচরি। মাইওন যাম্বা অহল ইবুংঙোগী মবমদা লাইবিক অমা পুথোক্লবা হোৎনবদা ৱারেং খুদোল তম্নীবিবশিংগী চাওববা লমন মণিপুব লাইব্রেবী এসোসিএশননা তোশিঞ্জরে। ঙসি মীয়ামদা খুদোলজরিবা লাইরিক অসিনা মীযমদা কান্নবা শবদংতা ওইরবসু পীবা ঙম্লবদি মণিপুব লাইব্রেরী এসোসিএশনগী হোৎনজমনগী মহৈ যাল্লে খঞ্জগনি।

ইম্ফাল তাং ৯।৮।২০১২ ইং

**নিংথৌজম ইনাওচা সিংহ**

MANIF

# ৱাহৌদোক

ঐখোয়গী লমদমসিদা শিগ্নগা অমুক হিংগৎলকপা মীওইশিংগী মনুংদা লৈখিদ্রবা "শ্রীময়েংবম আনন্দমোহন" সু অমনি হায়বা য়াই। মায়থোং য়ামখিবা শক্লোন কয়া পুখিবা মণিপুরগী তাংলবা মপারিশিংগী মনুংদা মহাকসু অমনি। মণিপুরগীদমক মহাক্না তৌবিরম্বশিং ওহোক্লা মশক নাইখিবা লোইননা মণিপুরগী ইতিহাসকী তাংকক কয়াদা মরু ওইবা থৌদাং কয়া তৌখিবা লুচিংবনি। মহাক্না লৈখিদ্রবা মতুংদতা খঙনরকই মহাক্কী মশক, মগুণ, শক্লোন অমদি মহাক্না য়াবিবম্বা থৌদাংশিং অমদি তৌবিরম্বা থবকশিং।

শ্রী আনন্দমোহন ১৯৩০-৪০ গী মতমদগী বৃটিশ আর্মি ওফিসরশিংগা তিন্নরকপা, ইং১৯৪৪-৫০ ফাওবা বোধচন্দ্র মহারাজগী এঃডিঃসিঃ অমদি পিঃ এস নচিংবা ওইরকপা, মণিপুর মর্জর এগ্রিমেন্ট সোই তৌনবদা হকথেংননা য়াওকবা, রাম লাল পাল স্কুলদা ওঝা ওইখিবা, হান্নগী জেঃএনঃ সেন্টর ফোর পিঃজিঃ ষ্টদিজগী মণিপুবী ভিবাগতা ওজা ওইখিবা, মণিপুরগী অহানবা লাইব্রেরী সাইন্সকী ডিপ্লোমা পাইখিবা অমদি পাব্লিক লাইব্রেরীগী অহানবা লাইব্রেরীয়ান ওইখিবা কযাসিগী মথক্তা অইবা অমসু ওইদুনা সাহিত্যগী সংস্থান কয়াগসু খুৎশন্নখিবসিনা মহাকপু মাযথোং য়াম্বা মীশক অমা ওইনা পুন্নমক্লা খঙনৈ।

ইম্ফালগী কৈশামথোং এলাংবম লৈকাযদা শোক ১৯১১ গী এপ্রিল ৩০ দা পোকখিবা অমদি শোক ২০০৫ গী অগষ্ট ১৬ তা লৈখিদবা শ্রী আনন্দমোহনগী ১০০ সুবা মপোক কুমওনগা ইবোইননা মহাক্লা সভাপতি ওইবিদুনা পাংথোকখিবা মীফম অমদা শোক ১৯৮৭ কী মে ২৪ দা লিংখৎখিবা মণিপুর লাইব্রেরী এসোসিয়েসন (মালা) না ঙমজবা থৌরম খরদং মহাক্কী আত্মাদা শ্রধাঞ্জলি কচ্চবা ওইনা পাংথোকচখিবনি। জাতিগী লাইব্রেবীগী চয়োল - ২০১১ লোইশিনবগী থৌরম শোক ২০১১ গী নভেম্বর ২০ দা ইম্ফালগী এম ডি যুদা পাংথোকখি। নুমিৎ অদুদা মহাক্কী মিংদা মেমোরিয়েল লেকচর অমা পাংথোকখি, হীরম্না - সাহিত্য, সমাজ অমদি লাইব্রেরী। শ্রী রাজকুমার ঝলজিৎ সিংহ, পদ্মশ্রীনা সভাপতি ওইদুনা পাংথোকখিবা থৌরমদুদা ডাঃএমঃ কীর্ত্তি সিংহ, পদ্মশ্রী অমদি টেগোর লিটরেচর মনা ফংলবা ওঝা নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ অনিনা ৱা ৱাংবিখি। আনন্দমোহনগী ১০০ সুবা চহী পালন লোয়শিনবা নুমিৎ শোক ২০১২ গী এপ্রিল ৩০ দা "মণিপুরগী ইতিহাসতা ময়েংবম

আনন্দমোহন'' হায়বা হীরমদা নোংমগী ওইবা সেমিনার অমসু মালানা শিঙ্গুনা ইম্ফালগী মণিপুর প্রেস ক্লবতা পাংথোকখি। মসিগী মমাংদা মালাগী লাইরিক অমসু মহাক্কী মিংদা কথোকচখ্রে, লোয়ননা মসিগী ২৪ শুবা চহীগী মপোক কুমওন থৌরমদা ''মণিপুরগী লাইব্রেরীগী ঈহৌদা ময়েংবম আনন্দমোহন অমদি শরাংথেম মঙ্গী'' হায়বসিদা লেকচর প্রোগ্রাম অমসু শিনখিবা লৈ।

ডাঃ আতুলচন্দ্রগী যুবাবতি মেমোরিয়েল লাইব্রেরীনা মণিপুর ক্লব লাইব্রেরী ওইরিঙৈ শোক ১৯২০ গী মমৈ ওইরকপা মতমদা আনন্দমোহন, হান্নগী মণিপুরগী চিফ মিনিষ্টর ওইরম্বা এমঃ কেঃ প্রিয়ব্রত সিংহ অমদি মতমদুগী বৃটিশ আর্মি ওফিসারশিংনা লাইব্রেরীসিদা লাইরিকশিং দান তৌবীরম্বগী রেকোর্ডশিং থেংনৈ। মতমদুদা আনন্দমোহননা পীবকখিবা লাইরিক অযাম্বদা এমঃ তোম্বা হায়না থাই। মসিনসু মহাকপু লাইব্রেরীগী ঈহৌদা মাংজিন থাবকপা মীওইনি হায়বদুসু তাকই। হৌজিক্কী লৈরিবা মালা অসি নত্তবা ১৯৭৫ অদুরাইদা লাইব্রেরী এসোসিয়েসন লিংখৎনবসু কন্না হোৎনজরম্বা মীওইনি।

ঙসি লৈরিবা মালা লিংখৎনবা ফমখিবা অহানবা মীফমদসু মহাক্না সভাপতি ওইবিখিবনি। মওং মরিল তানা তক তনালনা লাইব্রেরী চলাইবগীদমক্তসু মমিং লৈখিবা আনন্দমোহনগী মতম অমগী মতৌ ঙসিগী লাইব্রেরীদা থবক তৌরিবশিংনা ইনবা মথৌ তাবি। মহাক্কী পুন্সিদি তশেংনমক ফীদম্লফর্মনি। লাইব্রেরী ঈহৌগীসু লময়ানবনি।

লমদম অসিদা লাইব্রেরীগী ঈহৌ শাগৎপদা মপুং ওইবা দাইত্য লৌরিবা মালাগীদমক্তদি শ্রী আনন্দমোহন গুরুনি। মাগী ১০০ শুবা মপোক কুমওন থৌবম লোইশিনবগী নুমিত্তুদা শিনখিবা সেমিনারদুদা অখং অহৈশিংনা পাথোকখিবা চেশিং অদুগী খোমজিনবা লাইরিক্কি পুথোকচরিবা ''মণিপুরগী ইতিহাসতা ময়েংবম আনন্দমোহন''। লাইরিকসিদা পুন্না আর্টিকল ৭ (তরেৎ) য়াওরি। সেমিনারদা পাথোকখিবা আর্টিকলদি কি নোটকী য়াওবগা ৬ (তরুক)নি। অদুবু লাইরিক ওইনা পুথোকচবসিদা ডাঃ এমঃ কীর্ত্তি সিংহ প্রদ্মশ্রীগী মফমদা হায়জবদগী অহেনবা অমসু হাপচিঙ্গরে।

MANIF

মসিদা য়াওবিবশিংদি (১) প্রোফেসার এমঃ অক্ষয়কুমারগী ''**ময়েংবম আনন্দমোহনগী অশম্বা পুন্সি রারী** (২) ডাক্তর এম. কীর্ত্তি সিংহ, পদ্মশ্রীগী ''**মায়থোং য়াম্বা মীওই অমা ওইনা আনন্দমোহন**'' (৩) হাওবম সনাজাওবগী

**''ময়েংবম আনন্দমোহন ঃ লৈঙাক অমসুং খুন্নাইগী মায়ওন পীবদা''** (৪) ডাঃ থৌনাওজম খোমদোন সিংহগী **''লাইব্রেরিগী লময়ানবা শ্রীময়েংবম আঁনন্দমোহন সিংহ''** (৫) ডাক্তর এম. কীর্ত্তি সিংহ, পদ্মশ্রীগী অনিসুবা আর্টিকল **''মণিপুরগী শিক্ষা অমসুং লাইব্ররীগী ঈহৌদা যুম্বীরেল ওইখিবা শ্রীময়েংবম আনন্দমোহন সিংহ''** (৬) ডা. শরতচন্দ্র লোঙ-জোম্বগী **''ময়েংবম আনন্দমোহন ঃ মাগী সাহিত্যগী মশক''** অমদি (৭) কাংজম চাউবা সিংহগী **''মণিপুরগী ইতিহাসতা ময়েংবম আনন্দমোহন সিংহ ঃ লাইব্রেরিয়ান অমা ওইনা''** হায়বসিনি।

হায়রিবা আর্টিকলশিং অসিদা লৈখিদ্রবা আনন্দমোহন সিংহগী পুন্সি, থবক, লৈবাক্কীদমক তৌরম্বশিং, অইবা অমদি অনুবাদক অমা ওইনা ইবিবম্বশিং, মোডেল লাইব্রেরীযান অমা ওইনা শক তাকখিবা, অসিনচিংবা কয়া য়াওবি। মালাগী অদুগুম্না সেমিনাব অদুদা শরুক য়াবিদুনা অতেনবা মতমগী মনুংদা থিজিন হুমজিনবীদুনা তুংগী মীবোলনা আনন্দমোহনগী মরমদা থিবকপদা বিফরেন্স ওইবা য়ারবা আর্টিকল ইবিখিবশিংবু মালাগী মায়কৈদগী শিংবা ঙম্লবোইদবা লমন অমা তোনশিঙ্গববনি। লাইবিক অসিনা শোয়দনমক ঁআনন্দমোহনগী মরমদা খঙনিংবশিংগী মফমদা অচৌবা মচাক অমদি ওইবগনি খল্লি। অতেনবা মতমগী মনুংদা লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা মায়পুনবিখিবা ইডিটোরিযেল বোর্ডকী মেম্বরশিং ইডিটব শ্রীএন ইনাওচা সিংহ (প্রেসিডেন্ট, মালা) নম্বগী অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবা ইবোয়াইমা প্রিন্টর্সকী প্রোপাইটব শ্রী এল ভুমেশ্বর সিংহ অমদি মহাক্কী ষ্টাফশিং, মালাগী ইকজেক্যুটিভ মেম্বরশিং পুন্নমকপু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি।

মালাগী ৩০ (কুম্ব্রা) সুবা লাইরিক অসিগী মগুণ লেপ্পীনবগীদমক অপাবশিংগী খুত্তা শিন্নজবি। লোয়ননা লাইব্রেরীগী লময়ানবা ঁআনন্দমোহনগী নিংশিং স্মিতিদা পুকচেল শেংনা মণিপুব লাইব্রেবী এসোসিযেসন (মালা)না কচ্চবনি **মণিপুরগী ইতিহাসতা ময়েংবম ঁআনন্দমোহন।**

**সিএচ ইবোহল সিংহ**
জেনরেল সেক্রেটরী
মণিপুব লাইব্রেরী এসোসিযেসন (মালা)

ইম্ফাল, অগষ্ট ৮, ইং ২০১২

# য়াওফম তাকপা



## আর্টিকল ইবিরিবশিংগী শন্নপ্পা বাইও— দাতা

# ময়েংবম আনন্দমোহন সিংহগী অশঙ্বা পুন্সি ৱারী

ময়েংবম অক্ষয়কুমার সিংহ

ময়েংবম আনন্দমোহন সিংহ ইং কুমজা ১৯১১ গী এপ্রিল তাং ৩০ দা ইম্ফালগী কৈশামথোং এলাংবম লৈকাইদা পোকখি। ইং কুমজা ২০০৫ গী অগষ্টকী তাং ১৬ তা তাইবংপান থাদোক্লুনা ঈশ্বরগী খুয়াদা মতম চুপ্পগী ওইনা পোথাখি। আনন্দমোহোন সিংহগী অকা-অকুম নাইবা শাংলবা চহি ৯৪ গী পুন্সিগী মরমদা ইবা হায়রসি অরাইবা থবক্তি নত্তে। মশানা ইথোক্লুনা থনম্লা, ইনুং মনুংগী মী ওইশিংগা তান্নদুনা খোমজিনবা খরা ইথোকপা তাখি। ৱাৎহৌবা চিংথৌবা অমদি অবানবা ময়াম যাওবা যাই।

অঙাং ওইরিবৈ অফবা ছাত্র অমা ওইখি। মকোক মথং তাদুনা বৃটি ফংই ছাত্রগী লুচিংবা ওইবা, ক্লাস কেপ্তেন ওইদুনা মীয়াম তিন্নবগী হৌন-লোনচৎ তম্বগী খুদোংচাবা ফংখি। মদুনা মরম ওইদুনা থবক তৌবকপা মতমদা থবক তৌমিন্নরিবশিংগা নুংশি-চান্নবা লৈমিন্নবা ঙম্বগী খুদোং চাবা ফংখি। অদুবু মবক মবক্তা খুবৌ থাংবা থেংনদবা নত্তে। মহৈ তম্বদা বি.এ. পাস তৌবদা চহি খরা চংখি। নিংহন্নবা লৈতনা হোৎনবদগী বি.এ. দা ফিলোসোফি অমদি সংস্কৃত লিতরেচরদা পাস তৌখি। থবক তৌরবা মতমদনা মার্জর এগ্রিমেন্ট সহি তৌনরবা মতুংদা মহারাজগা ৱাহৈ খরা কাংথোক্লরবা মতুংদা কোনুং থাদোক্লুনা ১৯৫০ দগী বামলালপাল স্কুলদা ওজা ওইখি। নুমিত্তুদগী হৌবগা কোনুং চংখিদ্রে। ইং কুমজা ২০০৪ দা চংদুনা মত্তববা নিংথৌ শঙ্গাই য়েংখি। থম্মোয় শোক্না লিল য়েকপা ফিবাল পাইবদু মুনা য়েংখি। গোবিন্দজগী মন্দির চংদুনা উপ্রাংশিংনা ঈশ্বরবু খুকমজখি। চহি ৫৪ গী মতুংদা গোবিন্দ খুকমজবা ফংখিবগী নুংঙাইববা মিকুপ্প মতম শাংনা নিংশিংদুনা লৈখি, মীয়ামদা পাওদমখি। নিংথৌ শঙ্গাই শিবিদা ফমদুনা মার্জরগী মরমদা অশেংবা থৌদোক্ত মরিক চুম্না ৱাবি শাববা মতুংদা লাইরিক ওইনা ফোংদোক্লবা ৱারেপ লৌখি। মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহগী

মখাদা লৈঙাক শাশনদা মতেং পাংলুবনা আনন্দমোহন সিংহনা মণিপুর ইতিহাসকী যাম্না মকওইবা তাঙ্কক অমা ওইরিবা মার্জর এগ্রিমেন্টকী মরমদা লাইরিক অমা ইথোক্লুনা মীয়ামদা থম্লীরম্লনা মণিপুরনা করম্না ভারততা তিনখিবগে হায়বগী অশেংবা ৱাফম পূম্নমক খংবা ঙমলিবনি। লাইরিক্তু "শিল্লোং ১৯৪৯" হায়না মিংথোনবা লাইরিক্লি। অহানবা খূৎনম ইং কুমজা ২০০৪ গী সেপ্তেম্বরগী তাং ২১ দা ফোংখি। কপি মশিং ১০০০ নি। অনিশুবা খুৎনম্না ইং কুমজা ২০০৫ গী এপ্রিল ৩০ দা ফোংখি। কপি মশিং ২০০০ নি। অনিমকসি আন্দমোহনগী মফমদা কাওঙমদ্রবা নুমিৎ ঙাক্তনি। সেপ্তেম্বর ২১ মার্জর এগ্রিমেন্ট সহি তৌনবা নুমিৎনি। এপ্রিল ৩০ মহাক্কী মপোক নুমিৎনি। নুমিৎসিদা মপোক কুমওনগা মরী লৈননা শক্লাইববা অহল-লমন, নহাবোলশিংদা খুদোল ওইনা কপিশিং মখূৎমক্লা খুৎশিন্নখি।

পুন্সিগী অরোইবা তাঙ্কক্তা নুংঙাইবা অমদি অৱাবগী চযেৎনবা তাঞ্জা অমসু লাকখি। মার্জর এগ্রিমেন্টকী ৱারী ফোংদোক্লুনা লাইরিক অমা ওইখিবগী নুংঙাইবা কাওঙমলবোইদবা মিকুপনি। অমবোমদনা জ্ঞানগী পুকৈনি, মহৈরোইশিংগী লাইশংনি খঙদুনা মখল-মথেলশুনা অতাংবা লাইরিক মশিং থিঙমদবমখৈ থনম্লবা সেন্ত্রেল লাইব্রেরী মৈনা তুম্না চাকখিবদু "লাইব্রেরী চাকপা নত্তে, ঐগী কোক চাকপনি" হায়খি। যাম্না থম্মোয শোকপা ৱাফমনি। ৱাখল নুংঙাইতবনা হকচাং শোকহল্লি হায়বদু আনন্দমোহন সিংহগী মফমদা থোকখি। ৱাখল নুংঙাইদবগী লাইমনদুমদি অদুম পুদুনা চৎগ্রে।

**লিটরেচরদা থৱায় য়াওবনা লাইরিক কয়া ইদুনা ফোংবা ঙমখি। ফোংগ্রবা লাইরিকশিংদুদি-**

১। ৱারেং-শৈরেং অরিবা (১৯৬৭),

২। গ্রেজুয়েট (ড্রমা, ১৯৬৯),

৩। অঙাংগী ৱারী,

৪। ডাক্তর (ড্রমা),

৫। ৱারেং মরি (১৯৮৭),

৬। শিক্ষা (১৯৭৪) - শ্রীমাগী ওন এদজুকেসনদগী হন্দোকপা,

৭। নেশনেল বিব্লোগ্রাফী ওব ইন্দিয়ানা লিটলেচর- মণিপুরগী শরুক নং ঃ ৫ (১৯৯০-সাহিত্য একাদমী দিল্লীনা ফোঙই)।

৮। অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ (২০০২) - সাহিত্য একাদমীনা এসাইনমেন্ট পিরক্কুনা ফোংখি।

৯। ৱবীন্দ্রনাথ টেগোরগী "রাজা" "নিংথৌ" হায়না মীংথোন্দুনা মণিপুরীদা হন্দোক্লগা এরিয়ান থিয়েটর, ইম্ফালনা দিল্লীদা টেগোর সেন্টিনরিদা শরুক য়াদুনা লিলা শান্নখি (১৯৮৭)

১০। শিল্লোং ১৯৪৯ (২০০৪, ২০০৫)

ইমুং-মনুং অমদি য়ুম্বাল্লোনগী মৱমদা শৱদং থমজবি। আনন্দমোহন সিংহগী অপোকপা যোগেন্দ্র সিংহ কৌই। অপোকপীগী মিংনা থাবলসনা মহারাজ কুমার ফাইবোক যাইমা, নরসিংহ মহারাজগী মচানুপাগী মচানুপীনি। যোগেন্দ্র সিংহ মহারাজ কুলচন্দ্রগী যাম্না নক্লবা কেসিয়রগী থৌ পুবা খোংলোইনি। যোগেন্দ্র সিংহ থাঙ্গাল জেনরেলবু ফাইদাংবুং তান্না ইং কুমজা ১৮৯১ গী অগষ্টকী তাং ১৩ দা ফাসি সগাই য়ৌন পোদুনা পুখিবা মীশক অমসু ওইখি। মচিল-মৌপ্পা ৭ (তরেৎ) নি নুপা অনিগী মনুংদা আনন্দমোহন্না অতোনবনি। ময়াম্না ৱাধামোহন সিংহ জুদিসিয়ারীদা অচৌবা থৌদাং লৌবম্না মীশক অমনি।

আনন্দমোহন সিংহ নুপী অনি থিখি। অহানবা লোইনবী অবাম্বম নিংঙোল ইবেমহল দেবী শগোলবন্দা লৈবা অৱাম্বম ইবোতোমচা, ১৯৪৮ গী এসেমব্লীদা মন্ত্রি ওইবম্বগী মচলনুপীনি। মচা অনী পোকখি। নুপা অমগা নুপী অমগনি। নুপামচাদু যাম্না নৌনা লৈখিদে। মদুনা মৱম ওইবগা অপোকপী মমা ৱাখল নুংঙাইবক্তুদুনা মনুং মতম চাদনা নোঙ্গাখি। মচানুপীদি রা.কু. বিকমঙ্গাগী মনাও অতোনবা সনাতোম্নাগা য়ুম্বালমিন্নদুনা লৈবি।

আনন্দমোহনগী অনিশুবা য়ুম্বালমিন্নখিবা তম্পাকলৈমা, ৱাংখৈদা লৈবা নহাকপম মনিনা পোকপা মচানুপী অহলনি। মচা ৯ (মাপল) পোক্লবা মতুংদা ইং কুমজা ১৯৯০ গী ওক্তোবরগী তাং ১৩ দা নোঙ্গাখি। নহাকপম মনি মতম অমগী কাং মশান্নগী লমজিং পুরেল ওইবম্না মীশক অমনি। ঙসি কাং মশানাবু লৈবাক মীয়াম্না খংনরক্লিবসি মহাক্কী অচৌবা থৌদাংনি হায়বা তাই। সরকারগী

অমদি লনাই সংস্থানশিংনা আন্দমোহন সিংহনা মশক থোক্লা পাংথোকলম্লা থবক-থৌবমশিংবু শকখংবিদুনা মনা-মথুম কয়া পিদুনা লৈতেংলবা মীশক অমসু ওইখি।

ময়েংবম আনন্দমোহন সিংহ ইং কুমজা ১৯৪৯ সেপ্তেম্বর ২১ দা মহারাজ বোধচন্দ্র অমদি সনশম গৌবহরী সিংহগা লোইনদুনা মার্জর এগ্রিমেন্ট সই তৌনবদা যাওরুই। চহি অসিগী ওক্টোবর তাং ১৫ দা মপাল কাঙজেবুংগী পোলো পেবিলিয়ন মমাঙদা মচু অহুমগী জাতিগী ফিরাল কোন্নবা চৈখোক যুংলিবা মনাক্তা থমলিবা প্লেটফোর্মদা মহারাজ বোধচন্দ্র লেংখৎলগা "ঙসি ইং কুমজা ১৯৪৯ ওক্টোবর ১৫ অসিদগী মণিপুর ষ্টেটকী লৈঙাক শাসন ভারত সরকারদা শিন্নরে" হায়না লাওথোকপা নুমিত্তসু এ.ডি.সি. ওইনা আন্দমোহন শরুক যারুই।

বাইওডাতা অশন্না মশামক্লা ইবন্না অমদি এপ্রিসিয়েশন লেটর নমথোক্লুনা হাপচবি।

**Bio-Data**

Name :- M. Anandamohon Singh, born in 1910 Elangbam Leikai, P.S/P.O. Imphal

Father :- Jogendra Singh, close associate and Cashier of Maharaja Kulachandra dhwaja, the last king of Independent Manipur.

Mother:- Raj Kumari Thabalsana Devi, grand daughter of M. Phaibak Yaima, son of Narasingh Maharaj

Education :- (High School) At Johnstone High School, Merit Govt Scholarship holder and also Class Captain throught 6 yrs of High School career. College : At Sylhet Murarichand College; Gauhati Cotton College; Calcutta (for library science) at National Library (Belvedere).

Service:- Associated with British officers (Political Agent and Presendent, Manipur State Darvar) for 4-5-1939-44; In H.H. the Maharaja's Secretoriat as Office Asstt., A.D.C, P.S. to Maharaja for 7 yrs 1944-1950. Thrown

out of Govt. Service consequent on Merger of the state to the Centre. Appointed Librarian in 1958. Retd. in 1972 after 15 yrs service in the profession. Asstt. Professor at the erstwhile J.N. University Centre (1972-74) Teaching Bhakti Sahitya and Chairman, Library committee. At Manipur State Kala Akademi (1974-79)

Started.- Manipuri Women's College as to founder President, the College is now T.S. Paul Manipur Women's College under its new nomenclature. Still working for it. Awarded commendation Certificate by the State Govt. for distinguished services rendered in the field of Education, 1962.
Ist Secy. of Manipur Students' conference 1935.

Editor:- Manipuri College Students' Magazine 1936

**Editor :** Gandhiji Ningshing Chephong-1969-70, EC Publication of Gandhi Literatures in Manipuri in connection with Gandhi Centenary-1967-70. Sometime Examination paper Setter, Moderator of Board of Secondary Education. Imphal Original Works-Wareng Sheirang Ariba, Doctor, Graduate, Angangi Wari, Srimas On Education (tr), Wareng Mari

**Compiler :** National Bibliography of Indian Literature (Manipuri Section) in the Vol No. 5 1989
President, Naharol Sahitya Samiti - 1973 & 1974
President, Cultural Forum - 1985-1987

One of the 3 members on the side of the Manipur Maharaja as Counterpart against the Assam Governors three members in the crucial stage of Manipur in connection with the Historial Merger Agreement, at Shillong-1949 - A Land Mark of Manipur.

Appreciation Letter :

1 In a letter from S.D. Bahuguna, Director of Education, Manipur, vide D.O. No.1/8-5/61-ED, Imphal dt. 26th/27th April, 1961

"The chief Commissioner and Department have very much appreciated the fine work done by you and Shri Sivdas Singh, the Assistant, in the Library which has become very popular. This has been possible with the special efforts made by you and Shri Sivadas Singh. I hope that the efforts and interest that both of you have taken in the Library will be continued so that it becomes more useful to the public."

2. A commendation Certificate awarded by J.M. Raina, Chief Commissioner, Manipur on 15th August, 1962.

"This certificate has been awarded to Shri M. Anandamohon Singh, Senior Librarian, Central Library, Imphal, for distinguished service rendered by him in the field of Education"

3 In a letter from Shri J.M. Raina, Chief Commissioner, Manipur, vide D.O.No. 17/19/61-ED. Imphal. 31st October, '62

"My congratulations and thanks to you on the very successful VIII All India National Schools Games Autumn Meet. Please convey the same also to all those who help you "

4. In a letter from S.D. Bahuguna, Director of Education (Retd.) Manipur, dated 6.12 1962

"I am very glad to receive your Letter of 24 11.1962 It is really creditable that you received two advanced increments for your meritorious work and the Commendation Certificate for your distinguished Service in the field of Education, which you richly deserved. My hearty congratulations to you for recognition of your merits by the Administration."

5. In a letter from S.D. Bahuguna, dated 19th January, 1963

"I wish there were more devoted persons like you in our Country, who take their duty religiously and seriously. With your intensive and extensive work I hope and wish that your library will become very popular in all parts of Manipur and will be admired by all people there for the benifit they will be deriving from this service."

6. In a letter from S.D. Bahuguna, director of Education (Retd.) Manipur dated 24 4.1963

"I consider you as a torch bearer and I feel proud of you. I really feel that people like you, who are really devoted to their work and who produce substantial results, without losing valuable time in mere show, are needed in our country May God help you in your noble endeavour more and more."

# মায়থোং য়াম্বা মীওই অমা ওইনা আনন্দমোহন

ডাক্তর এম. কীর্ত্তি সিংহ, পদ্মশ্রী
এফ. আর. এ. এস., এফ. এ. এস. গবেষনাভূষন

লৈখিদ্রবা শ্রীময়েংবম আনন্দমোহন সিংহ কৈশামথোং এলাংবম লৈকাইদা খৃঃ ১৯১৪ (মাগী বাইওদাতা অমা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমিনা ফোঙবদদি ১৯১১ নিসু হায়বা থেংনৈ) পোকখি। নিংথৌ পাল্লিঙৈদা মন্ত্রীগী ফম পুবম্না মমৈদা সবজদজ ওইখিবা রাধামোহন সিংহগী মনাওনিপানি। মখোযগী অহল লমনশিং মফম তাগ্রবা শ্রীকুলচন্দ্র মহারাজগা তোয়না লোয়নর্বনি। বৃটিশকী মতমদা লান লোইববদা মহারাজ অসি মফম তাবদা নত্তনা হাৎপগী বায তাবা কান্দা ময়েংবমগী অহলসিনা অমুক্তং বিলাতকি মহারানীদা আপিল চৎসি হায়দুনা কলিকতাগী বারিস্তর মনমোহন ঘোসনা কেশ লেপ্পদগী হাৎপগি হুকুম তোক্তুনা আন্দমান্দা লোই ওইনা পুন্সি চুপ্পা থমখি। অদুবু মিযাৎ কক্লুনা বৃন্দাবন্দা লৈতনখি। ফেমিলি অসি অফবা বেকগ্রাউন্দ লৈবা মশক থোকপা অমনি।

মণিপুরদা গৌবিয় বৈষ্ণব ধর্ম্ম কন্না চৎলিঙৈ অশেং অমাংগী ভাব খনলিঙৈগী মতমনি। ইংলিশ শিক্ষা ফংবা ফাওবা হন্নবন্মী। অদুম ওইনমক মোদর্ন ইডুকেশনগী মঙালদি ফজনা তাখি। ওজাসিগী মযাম্না রাধামোহোনা শ্রীযুত সুবচান্দনা লোইবমদাই পুন্সিদা অমাং অশেং খাইবা পার্মখিদে হায়না ইবন্মী। পাওনবু মশা ইক ইকহন্নলি হায়। (বোধচন্দ্র যুবরাজ ওইবিঙৈদা নিংথৌ ওইনবা লোননা লাই খুরুম্নদু খঙনবক্লুনা লমচৈলি হায়দুনা কাশীদা লোই থাখি। মপাবুংনা শাড়িবদু কোক্লবা কন্না নাশিন্নবা শাদুনা শিলংদা লাক্লগা খুরুমজখি। রাফমসি অদজ রাধামোহননা ইবা থেংনৈ।)

## মহৈ মশিং অমসুং অইবা অমা ওইনা

ওজা আনন্দমোহন্না লৈবম্না মতমসি বৃটিশনা মণিপুরবু লান জয় তৌদুনা মখোয়গী লৈঙাক মাম তাগল্লবা লোটিলমগী পাক্তা থম্না মতমনি। মহাক্না মহৈ

MANIP

তম্লকপসি জোহনষ্টোন স্কুলদা ক্লাস টেন হাংদোকপদা মঙাইবি। মহাক্না তম্না মতমদা সবকাবগী বৃত্তি ফংবা, ক্লাসকি কেপ্তেন ওইবা, স্কুলগী মশক নাইবা ছাত্র পুন্না খঙমিন্নৈ। মযাম্না বাধামোহন অমসুং কবি অরাম্বম দবেন্দ্রোনচিংবা শন্নখি। মৈতৈলোনগী ছাপা তৌবা লাইবিক ইবৈ লৈত্রিঙৈদা বাংলা ময়েক অমসুং লোন্না কম্পলশরি ওইবিঙৈদনি। সংস্কৃত অসি কম্পলশবি ওইরি। মমিং লৈববা পণ্ডিতবাজ আতোম্বপু শর্ম্মগী ছাত্রনি।

ললিত মঞ্জরি পত্রিকাদা ৱাংখৈলাকপগী লানগী মতাংদা ইদুনা ফোংই। কলিকতা বিশ্ববিদ্যালযনা মৈতৈলোন শকখংলবসু তম্নবা লাইরিক ৱাংলিঙৈনি। শ্রীবোধচন্দ্রগী মতমদা কোলেজ লিংখৎলে। ডি. এম. কলেজদগী সংস্কৃত অমসুং ফিলোসোফি লৌদুনা বি.এ. পাস তৌই। কলিকতাগী মখাদা লৈরি।

সবকাবগী থবক অমা তৌবা মতমদা বোধচন্দ্রগী এঃ ডিঃ সিঃ ওইবম্না হৈক্রুজম নবকান্ত সিংহ বিঃ এসঃ সিঃনা বেনাবসতগী উপু অচৌবা অমদা নিংথৌগী ফিজেৎ পুন্না হাপ্পা অমা লমখাংদা মাঙখিবদগী মফম অদু লৌথোকখি। কোনুংদা লৈববা মযাম্না বাধামোহননা হাযনবদগী সনা কোনুংগী থবক চংখিবনি। মতমসিমক্তদা মালেমগী ২ শুবা লাঞ্জাও থোকখি। মণিপুবদা অকনবা লানফম ওইদুনা লান শোক্লবিবা নাকপাক অনিগী সিফাই কয়া মণিপুবদা থুংখিবা, জাপান্না বোম কয়া ইম্ফালগী মফম কযাদা থাদবদা থৱাই হিংনবা চেনবা মতম ওইনা থোকখি। কোনুং মনুং অমসুং মহাবাজশিংগী শোইদা ভামদানবা আনন্দমোহন্না শেন্নখি। লান মনুংদা মিলিটরীনা শা হাৎপগী মতৌ মওং থোকখি। মহাবাজগী পাইভেট সেক্রেটবী মশাগী সেবক শনশম গৌবহরিনা ওই। আনন্দমোহননা এঃ ডিঃ সিঃ ওইনা পুবে।

লাঞ্জাওগী অৱাবা নংলিঙৈদা ভারত নীংতম্বগী ঈহৌসু নৌনা কনখৎলক্লে। মণিপুরসু মসিগী নীতি যৌশিল্লক্তুনা মণিপুব নিকপা মতমনি। নেতা ইরাবত সিংহনা বিপলব মথং মথং হৌরদুনা মণিপুর ভারত তিনগদ্রা নত্রগা বর্ম্মারোমদা য়াওগদ্রা হায়বা ৱাথোক কয়া চোংথোবক্লে। মণিপুরসু নীংতমগদৌরে বৃটিশনা ভারত থাদোক্কদৌবে হায়বা ঈঙ্গিৎ খঙনবক্লে। মহারাজনা চীংগী লম কয়া চত্তুনা খুল্লাকপশিং উন্নদুনা ঙাংনবদা পোলিটিকেল এজেন্তনা য়াম্না ৱাবৌখরে। মাও অমসুং চীংগী লমদা নাগা লুচিংবা ফিজোগী মতুং ইন্দুনা মণিপুরদগী তোঙান্না তানিংলে। তাঙ্কক অসি অৱাবগী মতমনি।

মণিপুর নীংতম্লবা মতুংদা মশাগী সম্বীধান শেমজরে। মন্ত্রী মন্দলসু ভোট পাংথোক্লগা শেমলে। এম.কে প্রীয়োবর্ত্তনা চীফ মিনিষ্টর ওইরদু হৌজিক্কী মিৎয়েংদদি খরা চান্নদে। ভোটতগী কাবা মেম্বর নত্তে। মণিপুরগী লৈঙাকলোন. মহারাজগী মনাও ওইবা অমসুং অসামগী গোভর্নর ওইরিবা সার অকবর হায়দারিনা ঙাক্লৌ পীবননি। মন্ত্রী মন্দল চাউথোকপগী মতাংদসু কংগ্রেস নাকপাক তান্নদুনা আন্দোলন কন্না চত্থরিঙৈনি।

ইলেক্সন কেশ অমা মহাম্মদ অলিমউদ্দিন খনবগী মতাংদা য়েৎনবা থোকখি। মহাক্তি মতমদুদা মন্ত্রি পিববনি। মদু শেংদোক্লবা অমসুং তুংগী ৱাবম খন্ননবা শিলোংদা আসাম গোভর্নর শ্রীপ্রকাশ উন্নবা নিংথৌ চৎলি। মণিপুরগী মন্ত্রি মন্দলগী মবাইবক করম থোক্লগবা কন্না ঙাঙনবে। সরকার পায়হৌদবা কংগ্রেস পার্টিনা শোই খোমদুনা দিল্লীদা পাইশিন্নবে, নিংথৌগী লৈঙাক মুথৎলগা ভারত লৈঙাক পুশিনবগী পন্থুংনি। মাওদা নিংথৌগী গার্দশিংনা নোংমৈ কাপ্পদগী মী শিখিবা য়াওবদুগী লম্বেল থিংবা থোকখি। নিংথৌগী খোঙচৎ অসিদা নিংথৌবু হকথেংননা কদাইদা শোইগদগে হায়দুনা শেন্নবদি প্রাইভেট সেক্রেটরি সনসম গৌরহরি সিংহ অমসুং এম আনন্দমোহন এঃ দিঃ সিঃ অনিসিনি। ৱাইখোম চাউবা সিংহদি লোইনখিদে। মন্ত্রি মণ্ডলগী অয়াবসু লৌহৌদে। মহারাজগী উকিল কে. সি. চক্রবর্ত্তিসু য়াওখিদে। মখোই লোয়নবল্লবদি আইনগী মতেং ওইরমগদবনি।

ৱাফম অসি মরিক চুম্না শ্রীআনন্দমোহন্না মাগী লাইরিক শিলোং ১৯৪৯ দা নৈনখ্রে। প্রজাগী অপাম্বগী মাযোক্তা মণিপুর ভারতকি মনুংদা পার্টসি ষ্টেট ওইনা থমখ্রে। মসিগী ফিরেপ্পুগী মণিপুরদগী করো তম্পাক লৌথোকখিবা, খাজনা ফংলমবদুসু ককখিবা পেন্নদবা কয়া থোক্লিবসিনি। ষ্টেট অমগী থাক য়ৌনবা রাজনীতি দলশিংনা আন্দোলন কয়ামুক হৌখি। অশি অনা কয়া নংখি। সনসম গৌরহরি সিংহনা অনৌবা লৈঙাকলোন্দা চংখিবদগী আনন্দমোহন্না এঃ ডিঃ সিঃ অমসুং পিঃ এসঃ ওইদুনা মতম খরা পুখি। খরা লৈবগা রামলালপালদা ওঝা ওইখি। মতমসিদা লিটরেচরগী পোত্থোক খরা পুথোকখি। অঙাংগী ৱারী (ৱারীমচা) ডাক্তর অমসুং গ্রান্দ মেদ অনীমক দ্রামাগী লাইরিক্লি। রচনাগী ওইনা ৱারেং মরিসু পুথোকখি। লাইরিকশিং অসি ঐখোয়না পাদুনা নৈনবগী খুদোংচাবা লৈখিদরে। লাইব্রেরীয়ান ওইনা চংবা মতমদা ইবগী থবক মতম খরা লেপখি।

MA

লাইব্রেরীগী থবক পাংথোকপদি তোঙান্না নৈনরি। মতম অসিদসু ১০০ শুবগী গান্ধি সেলেব্রেসন, ৰবীন্দ্রনাথগী সেলেব্রেসন অমসুং শ্রীঅরবিন্দগী সেলেব্রেসন পাংথোকপদা অচৌবা থৌদাং লৌখি। অরবিন্দ আশ্রম পন্দিচেরীগী সিক্ষাগী মরমদসু মৈতৈলোন্দা ফোঙই। থবক তোক্লবা মতুংদা Makers of Modern Indian লিটরেচর (মণিপুর চেপ্তুর) দা অরাম্বম দবেন্দ্রজিৎ সিংহগী মোনোগ্রাফ অমা ইংলিসতা সাহিত্য একাদমীনা ২০০২ দা ফোঙই। মণিপুর সাহিত্য অমসুং কলচরনা মশক থোকপা থবক কয়া পাংথোক্লম্মী।

চীফ লাইব্রেরীয়ানগী ফম খৃঃ ১৯৭২ দা তোক্লবা মতুংদা নৌনা লিংখৎলকখিবা জে.এন.য়ু সেন্টর দা এসিসটেন্দ প্রোফেসার ওইখি। মহাক অসি নহারোল সাহিত্য প্রেমি সমিটি অমসুং কলচরেল ফোরম মণিপুরগী সভাপতি ওইরম্মী। মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগসু হীবম কয়ামুক্তা থবক তৌখি। একাদমীগী লাইরিক্কী কেটলোগ শেম্বা, অইবা অমসুং কলাকার কয়ামক্কী ডাইবেক্টৰী অমা পুথোক্লবা থবকসু পাৎখৎলম্মী। মসিদি লোইশিনলমদ্রে। মণিপুব ষ্টেট কলা একাদমীনা কলা অমসুং সাহিত্যদা শিংথানবা থবক তৌরম্লবু শীংথাদুনা খৃঃ ১৯৮৯ দা ফেলো কনফর তৌই। মণিপুব সাহিত্য পবিষদনসু খৃঃ ১৯৮৬ তা সাহিত্য ভুষন উপাধি পীদুনা ইকাইখুম্নখি। মহাক্কী শিলোংদা চৎপা অমসুং থেংনখিবা খোংফম অসি মশাগী ফীবম লোইশিনলকপা মতমদা ফোংলে। সাহিত্য একাদমীনা ফোঙবা অরাম্বম দরেন্দ্রগী পুন্সি ৱাবী অমসু থবক্তা ইংলিসনা ইবনি। মশা হিংলিঙৈদা অহানবা খুৎনম (২০০২) দনি। পাবা নুংঙাইবা কানববা মচাক কয়া যাওরি।

লোন মরি হাযবদি সংস্কৃত, বেঙ্গলী, ইংলিস অমসুং মৈতৈলোন খঙবা অমসুং ঙাংবা ঙমবনা নেসনেল লাইব্রেরিদা ট্রেনিং লোইশিনবা, কলকাত্তগী ফার্ম ১২। ১৩ কনতেক তৌন্নবা ঙমখি। লাইবিকশিং অসি লাইব্রেরীদা থমবনা মীওই খুদিংগী অচৌ অশাং য়াওনা লাকখি অমসুং পানখি। লোনশিং অসিগী প্রভাব মঙোন্দা খবা থেংনৈ।

## মণিপুরগী লাইব্রেরী হৌদোকপদা ঁশ্রীময়েংবম আনন্দমোহন সিংহগী শিংথানবা থবকশিং

ঁশ্রীআনন্দমোহন সিংহনা সরকারগী ওফিসিয়েল ওইবা লাইব্রেরীযান হাপত্রিঙৈদা লাইব্রেরীযান ওইনা ডি. এম. কোলেজগী ওইনা ঁমহম্মদ বিয়াজউদ্দিন

চৌধুরী এম.এ. ডিপ্লোমা ইন লাইব্রেরী সাইন্সতি লৈরে। ডি.এম. কোলেজগী ওইনা মাগী ট্রেনিং মনুংদা কেবলা মচা অমনা চহি খরা পুরম্মী সিসতেমেতিক নাইদবা মওংনি। ক্লার্ক অমগা পিযন অমগা মহাকতমক লৈ। রিয়াজউদ্দিন চংলকপদা মাদি হিষ্টরীগী লেকচর ওই। লাইব্রেরী যেংশিনবগী থবক মচেৎ ওইনা যেংশিনবনি। মমিংদগী ওইনা কলেজ লাইব্রেরি লৈ।

শ্রীআনন্দমোহন্না হান্নগী লাইব্রেরী শঙদা চংবা মতমদা ষ্টাফ মপুংফানা হাপত্রি। মৈতৈলোনগী খবর খরগা মৈতৈলোনগী লাইরিক খবদংগা হৌগৎলকপনি। খুৎনা ইবা লাইবিক পণ্ডিত লোইশঙ অমসুং মৈতৈ ময়েক শুবা পণ্ডিত খবনা পাযনবদনি। সেক্রেটরিয়েত্তা রের্কোদকীদমক এন খেলচন্দ্রনা পুই। সার্ভিসকা মবী লৈনবা ফাইল য়ামদনা খরদং লৈর্বনি। হীরম অয়াম্না শোক্ত্রিঙৈগী তাঙ্ককনি। ষ্টেটকী ওইনা এক্সেসন নম্বর পানবা, কেটলোগ অমসুং ক্লাসিফিকেসন তৌবসি মহাক্না লাইব্রেরীদা চংবগী মতমদা হৌগৎলে হাযবদা লান্দে। কার্দ শেমলে। কেটলোগ পুথোক্লবা হোৎনরক্লে। রিদিং রুম অমসুং ষ্টেক (পৈফম) থম্লমলে। জোনষ্টোন স্কুল মনাক্তা পব্লিক লাইব্রেরি অমা লৈবম্লদু লাইবিক থম্ফম কা অমগা খবর পাফম অমগদা থম্বনি। কমিটি অমনা নুমিদাংৱাইদদা হাংবনি। মীওই খবদনা লাইব্রেরী চংবা অমসুং খবব যেংবদমক চৎনবম্মী। পব্লিক লাইব্রেরী অসিগী সোর্ভিনিব অমা লুক্রাম তোমচা এম. এনা ইদিটর ওইবগা ফোংবদুদা কলিকতাগী পণ্ডিত, সাইন্তিশ অমসুং ডি.এম. কলেজগী ওজাশিং খবদমক ইন্নখি। মদু ৱাইবগা মতম খর্বদি য়েংখি। মদু হৌজিক্তি কনানসু নীংশিংবা ঙম্লদ্রে। হাযবিবা বিলদিং অমসুং লাইবিকশিং অমত্তা লৈত্রে।

শ্রীএম আনন্দমোহননা সরকারগী লাইব্রেরীযান ওইনা চংখিবা মতমসিদা মওং খরদি তাবা উখি। মশানা ইংরেজী, সংস্কৃত অমসুং বেঙ্গলী তৈবনিনা অফবা লাইরিক খনবদা কোন্না থোকই। রামলালপালদা সাহিত্য তম্বীরম্বনা নহাবোন্দা কান্নবা লাইবিকশিং অদু মশক মুন্না খঙলবনি। দিষ্ট্রিক্ট লাইব্রেরী হায়না মমিং থোন্দুনা সার্ভিস তৌরক্লে। মণিপুর সরকারগী ইদুকেশন বিভাক্কী মখাদা লৈরম্মী। স্কুলগী অমসুং কলেজ অমতমক লৈবা ইদুকেসনগী মখাদা লৈরম্মী। হৌজিক্লা আর্ট এণ্ড কলচর দিপার্টমেন্টকী মখাদা চীফ লাইব্রেরীয়ান কৌবা মফম অমনা মকোক থোংনা পুরি। কম্প্যুটরগী অনৌবা মেথৎ লাকপসিদি য়ৌরক্ত্রিঙৈদা হান্ননা খৃঃ ১৯৭২ দা পেন্সন ফংদোকখ্রে।

MA

সেন্ট্রেল লাইব্রেরী মৈ থাবসি খৃঃ ২০০৫ গ এপ্রিল তাং ১৩নি। মতমসিদা ওঝা মশা হিংলি মশাগী চহি ৯৪ শুবা মতমনি। শীলেখক ককচিংদা লৈবা অইবনা লেংবা দ লেন ওফ তৈরবগী অনিশুবা শরুক্কী লমাই ১৬ তগীনা ২৪ হৌগৎপদা ইন্তর্বভিয়ু লৌবদা খুমখিবা খরদং লৌখৎখি।

মৈ চাকখবে হেক হায়বগা ঐগী ইচানিপা অক্ষয়কুমারনা ঐঙোন্দা হংই-পাবুং অদোমদগী খববগী ইদিটরশিংনা পাউমীশিংনা ঐগী থুদা হংলকপনি, লাইব্রেরী মৈ চাকপদা পাবুংদা কবি হায়না ফাওবগে ? "ইবুংঙো মসিদি কোক মৈ চাকপনি" মসিনি ঐনা খুম্লিবসি। কোক মৈ চাকপনি মী কয়াগী অপাম্বা পুম্নমক অসি পীবা ঙমননবা হোৎনরিবা অদুগুম্বা লোয়শঙ অমবু মানা মৈ চাকখ্রবা কবিনো মীঙোন্দগী ঐখোয়না ফংবা ঙমগদৌবিবা খল্লুবগা হৌজিকসু কপনিংই (মদু হায়বগা আনন্দমোহন সিংহনা কপই)। মৈ থাদোকখ্রবসু হৌজিকসু ঐগী ইচানুপাসিগা খন্নবল্লিবনি, কবি তৌগদগে হায়দুনা, ঐনা থমজবম্বা ঐগী সেন্ট্রেল লাইব্রেরি অদু। মদু অমুক হন্না লাক্কদবা মান্দ্রেদো।

## ৱারোই তাবা

ওঝা আনন্দমোহন মখল কাযগী গুণ কায়না লৈতেংই। কবি, দ্রমা ইবা, এসে ইবা, বৈষ্ণব লাইনীংগা মবা থম্নবা আর্টিকল কয়ামুক ইবা মীশক্লি। খ্বাইনা লাইব্রেরি শেমগৎপা ওইনা লৌনববসু হীরম কয়াদা সাহিত্য, কলচর, ছাত্রশিং করম্না তম্নীগদগে হায়বা মতাং, ওর্গনাইজেসন মযামগা নক্লবা থৌবুবেল ওইনা লৈবকপনি। লৈভাকলোন্দা সনাকোনুংনা লৌরম্বা থৌদাং, থৌগললোন ব্যবহার ফমনাইবশিংনা চন্দল থিনবা, কোয়েৎ যেৎপা, ফৈজোম শেৎপা অদু মাগী ফোটোদগী খঙবা ঙমই।

দোকুমেন্ট, ফোটো, চে-চাং মঙোন্দগী ফংনিঙাইনি। মহারজনা শিল্লোংদা ভাইসরোয ওইরিবা শ্রীচক্রবর্তি রাজা গোপালচারীদা খুদোলপোৎ পীবা অমসুং মহাক য়াউনা ফোটো নম্বদু লাইবিক্তা হাপই। য়াম্না তাংলবা মিকুপ অমা ওইনা ইতিহাসতা লৈরি।

লমদমসিদা বেঙ্গলগী ভক্তি সাহিত্য অমসুং রবীন্দ্রনাথকী লাইরিকশিং বেঙ্গলীদা ইবদু পাবা ঙম্বা অমসুং মনুংগী ঈচেল অদু মচা খায়না তাকপা ঙমবা

মীওইশিংগী মনুংদা মতাকসু অমনি। মানা লেকচর পীবদা মীযাম পুল্লিবা ফঙ্কসন অদুগা চপ চানবা থেংনখিবা। অওইবমক লৈখিদ্রবা অইবা অমসুং লাইব্রেরি মুভমেন্ট শেমগৎলম্লসি মণিপুরগী তাংলবা মীশকনি।

MA

# ময়েংবম আনন্দমোহন ঃ
# লৈঙাক অমসুং খুন্নাইগী মায়ওন পীবদা

হাওবম সনাজাওবা

ময়েংবম আনন্দমোহন সিংহনা পুন্সিগী শিঙ্খা ওইনা মায়োক য়ারম্বা মতমদুগী লৈঙাক অমসুং খুন্নাইগী অশেংবা শক্লোন অদু মুন্না খঙদোক্লুনা খুন্নাইদা কান্নবা ওহ্নোকপা অসিনা লাইব্রেরী ঈহৌদা নত্তনা লমদমসিগী লৈঙাক্লোন অমসুং খুন্নাইলোনবু মপু ওইবগী মীৎযেংগা শাগোন্ননা অহেনবা থাক পুখৎপদা অমসুং লৈবাক্কী মীৎযেংদা মায়ওন চুম্বদা অচৌবা মতেং ওইগনি।

## ৱাহৌদোক ঃ

**অহানবদা,** এঙ্গলো মণিপুরী ৱাব (১৮৯১) দা মায়থীদুনা বৃটিশ লৈঙাক্কী মখাদা মীনায় নাইথাংগী পুন্সিরোলদা হিংলকখিবা মতমদুগী ইপা ইপুগী মীবোল অদুগী পুন্সি মশক যেংলুবদা থোইদোক্লা পৃক্লিং নুংশিনিঙাই ওইবি। শেঙ্গুমগী ফীভম শাথীনা ফৎত্রবা মতমদুদা লোইলম লৈঙাক্লা নিংথৌ লৈঙাক্কী মিংদা চখরকখিবা অ৫৩- অনৈশিং অর্মদি লীচৈ ফাওবা পায়দুনা চৎপা যাদ্রবা মীযামগী পুন্সিনা খাঙখিবা অৱা- অনাশিং পবাবীগী অনিশুবা খুন্তাকপগুম্না নীংশিংদুনা লৈরি।

নীংতম্বা লৈবাক অমা ওইনা চহি লীশিং কয়া হিংলকপগী লেমফু লৈজবা ফুরূপ ওইবনা মায়থিদুনা তুখিবা মফমদুমক্তদা শকফম হোংলগা লেপখৎনবা হোৎনবগী পুৱাবী অদুমক মণিপুরীশিংগী মফমদসু থোক্লুনা লাক্লি। মদুদগী পেন্দবা, খোয়শাওনবা, লমন খুম্নিংবগী ঈহুলগী মৈবীনা খা ক্রক-ক্রক চীক্লা খাঙখিবা মীরোল অদুগী পৃক্লিং ৱাখলদা, লূ-তোংগী ঈচেলদা অমসুং শিয়োম্লুংদা মিতমদুনা তাইবং ফাওরকখিবা অনৌবা মীবোলগী মফমদা মমি তাদনা তোকখিদে। অসিগুম্বা শক্লোন্না মরৈবাক নুংশিজবগী ঈচেল চেনবা মীরোল পুথোক্লুনা থবক তৌবদা লৈবাক্কী য়েংনা তৌবা, পুকচেল শেংবা, মপু ওইবগী ৱাখল চেনবা, থবক ভম্বা

মী ওইশিং পুথোরক্তুনা লৈবাক খুন্নাইবু মায়ওন চুম্নবা হোৎনবা উবি। মমালৈবাক মণিপুরবু ময়োল ওইনা নুংশিবগা লোয়ননা হোংলক্লিবা অনৌবা মতমগী মঙালদা মনুং অমসুং মপানগী খোঙথাং নাইদুনা মণিপুরী নেসনেলিজমগী ঈচৌগী শরুক মচা অমমম ওইনা মথৌদাং পাঙথোকপসু উবি।

**অনিশুবরকপদা,** মীহৌরোন (প্রি হিষ্টৰি, প্রোটো হিষ্টরি)গী তাংঙ্ককশিংদা কংলৈ নিংথৌরোল কয়া অমা লৈখ্রবসু, মণিপুর পুৱারী মতমগী তাঙ্কক মনুংদা লৈবক্লিবা মীতৈজেসনদা যুম্ফম ওইবা লৈশেম্লোনগী নিংথৌ মশীং (মৈদিংঙু নোংদা লাইবেন পাখঙবদগী হৌরগা) ৭৬ শুবকপা অদুগুম্বা ভুবন শীঙখোংদা লোইখিবা (তুমখিবা) ঈনিংথৌ বোধচন্দ্রগী হাক্তক ফাওবদা নিংথেম শাগে অমসুং মরী-মতাশিংগী মশীং যামখৎলক্তুনা নাৎকী অমসুং খুন্নাইগী ওইবা, মীয়ামদগী তোপ-তোপ্পা পুন্সি মশক উৎলক্তুনা লৈঙাক অমসুং খুন্নাইবু মায়ওন চুম্লকখিবা অসি যান্না মকওইবা শক্লোন্নি। নিংথৌ শাগে, মরী-মতা অমসুং ফম্নাইবশিংগী ইমুং-মনুং অপূনবনা শেম্না খুন্নাই অমা লৈববগুম্না উনবকপগা লোযননা, মনুং মপাল নাইনা চৎনরকপা অমসুং অমবোমদনা মাচম মীয়ামগী কাঙলুপশিংনা পুন্সি মহিংদা থাক হল্লনা লেল্লকপা অসিনা মাচম অমসুং বাবু ক্লাসকী খেন্নবা, মুক্লবা শক্লোন অমা উবি। যেক তবেৎ নৎত্রগা শলাই মাপল লৈরম্বদগী মীতৈজেসন প্রোসেস মনুংদা মঙাং, লুৱাং, খুমন খক্লা মহুৎ শীন্দুনা, লৈশেম্লকখিবগী পুৱাবীদু কংলৈ ফিবালশিংনা উৎলক্লবসু, নিংথৌ বোধচন্দ্রনা ক্লাস থুগায়দুনা পাখঙবগী ফিরাল চিংখৎখিবা অমসুং খুন্নাইগী মচি-ময়া শিঙ্গুংনা শম্নদুনা মায়ওন পীনবা হোৎনখিবগী মমি তাবি।

**অহুমশুবদা,** কংলৈ পুৱারীদা মাযচৌশিংনা লৈঙাকপশিংদা মকওইনা কংলৈ নিংথৌশিংদা পাউতাক পীদুনা লৈঙাক অমসুং খুন্নাইগী য়াইফনবগীদমক্তা মায়ওন পীনবা হোৎনবগী লীক্লমচৎ অমা লৈজরকই। নিংথৌ পামহৈবা হাক্তক (১৭০৯-১৭৪৮) তদি কংলৈ মাযচৌশিংগী থম্মোয় অমসুং কোকপু মৈ থাদুনা মাঙহন্নবা হোৎনবগী থৌবাংনা মখা তাবা সংস্কৃত্তাইজেসন চথখিবা নিংথৌরোল ২৪ চুপ্পা চথহল্লম্লবসু, বোধচন্দ্র হাক্তক্তদি মাযকৈ খুদিংমক্কী মায়চৌশিংবু মফম পীদুনা লৈঙাক অমসুং খুন্নাইবু মায়ওল চুম্মিন্নবগী শক্লোন উবা ফংখি। লোযননা চুরাচান্দ অমসুং বোধচন্দ্র হাক্তক্তা থায়নদগী চৎনবকপা মায়চৌ লোযশঙ লিংবগী মথক্তা সেক্রেটরি অমসুং এ ডি সিবু এদভাইজর হাপ্পুনা নিংথৌবু পাউতাক পীহল্লকই।

MA

লাইনীং নাৎকি ৰাফম নত্তনা লৈঙাক অমসুং খুন্নাইগী ৰাফমদা এদভাইজরনা মায়ওল পীবগী থৌওং অসি বোধচন্দ্র হাক্তক্তা চাং ৰাংখিবা অমসুং মতমগী ওইবা অনৌবা মায়চৌগী ৰাইষ্টোক লৈবা শক্তম অমা পুশিল্লন্বা অসি পুৰাবীগী মকওইবা অমনি।

**মরিশুবদা,** কংলৈপাক মণিপুরগী নিংথৌ পানবগী পুৰারী হৌদ্রিঙৈ মমাঙদা হায়বদি, মীহৌবোলগী মতমদগী হৌনা অতিয়া গুরু শিদবগী চাংয়েং ওইনা **'নোংখোঙ কোয়বা'** অমসুং **'ফাংখোঙ কোয়বা'** হায়বা সনামহি লীক্লম অমসুং পাখংবা লীক্লমগী ওইবা লৈশেল্লোনগী মুক্রবা ৰাখল্লোন অনি অসি মীতৈ ৰাংউলোন্দা য়ুম্ফম ওইরবসু মণিপুর পুৰারীগী ময়াই চবুক ফাওদুনা অনিমক অসি থবক্তা ওষ্টোক্লুনা চাংযেংনদুনা লাক্লি। অদুবু ৭৬ শুবা কংলৈ নিংথৌ বোধচন্দ্রগী মতমদা নৌনা নোংচুপ থোঙ পন্দোল লোম্না হাংলকপগী মপানগী অকনবা ঈথিলদা পাখঙবা কনসেপ্ট (ফাংখোঙ কোযবা) থাদোকপা তারকখি। মালেমগী লৈমায়গা শন্নবিবা গ্রাস রুট লেবেলগী মীয়ামগী মফম য়ৌনা দিমোক্রেসিগী মঙাল ফংহন্দুনা লৈঙাক লৈশেল্লকখিবা অসি কংলৈ পুৰারীগী খ্বাইদগী চাউবা অহোংবনি। 'ভুবন শীঙখোংদা' পাখঙবা লীক্লম্না তুদুনা সনামহি লীক্লমদা লাকখিবগা লোযননা লৈঙাক খুন্নাইবু নৌহৌনা মায়ওন পীবা হৌবকখিবগী মণিপুবগী পুমনৌ-নৌবা পুৰারীগী তাঙ্কক্লি।

**মঙাশুবদা,** ২০ শুবা চহীচাগী তংখাইদা মণিপুরদা ফিউদেল লৈঙাক্কী মায়োক্তা ঈহৌ তৌদুনা এন্টি-পাখঙবা কনসেপ্টকী মেনষ্ট্রিম পোলিটিক্সনা ফিউদেলিজমগী পোপ্পু মুল্লগা গ্রাস রূট লেবেলগী মীয়ামগা শন্নবা হোৎনরকপগী শক্লোন উৎখিবা অসি যাম্না মরুওইবা তাংক্কক্লি। শকফম্না পুকচেল উখোক্তবা য়াদে হায়বগুম্না, মখোয়না মরৈবাক্কী কোনুং ময়োল হোংদোরক্লুনা পোপ্পু অদু মুনবিথ্রবা মতুংদা মখোয়না নৌহৌনা অমুক শীজিন্নবকপা, পাখঙবা লীক্লমগী মরেক-মহাও চাদুনা লৈঙাক খুন্নাইবু মায়ওন পীরকপগী নমথাক্কী শক্লোন অদু উৎলি। অসিগুম্বা শক্লোনশিংগী মনুংদা আনন্দমোহন্না হৈশিংনা থাংলকখিবা খোঙফমশিং থোইদোক্লা ফিদম ওইবি।

**তরুকশুবদা,** বোধচন্দ্রনা পাখঙবা লীক্লম থাদোকপগা পাংখক ওইনা সনামহি লীক্লম পুথবকখিবগা লোয়ননা, খুন্নাইগী গ্রাসরূট লেবেলদা য়ুমথোং

খুদিংগী মীপুম খুদিং শন্নদুনা খুন্নাইগী, নাৎকী, লৈশেমলোন অমসুং শেম্মিৎলোনগী ওইনা মায়ওন পীনবা হোৎনরকপা অসি খ্বাইদগী মরুওইবা থৌশীল থৌওংশিংগী মনুংদা অমনি। থৌওং অদনা থাইনগী ঈচেল শন্নরিবা কংলৈ লৈহাওদা মরূ-মরা লুথনা তাশিন্নবা হোৎনখিবা তাংকক্লি। মীরোল কয়া চুপ্পা, সনা চহি অহুম, হিবাচন্দ্র কয়ানা লৈনুংগী লৈখুল তৌদুনা সনামহিগী খুভম ফংনবা হোৎনখিবা তাংক্ষক্লি। নোংখোঙ-ফাংখোঙ কোযবগী লোইনাইদ্রবা লমজেল অমা নৌহৌনা লমথারম্বা বোধচন্দ্র মহাবাজগী যেৎকী পাম্বোম ওইবম্বা ময়েংবম আনন্দমোহন সিংহবু কুপথনা যেংবা অমসুং মশক লেপ্পগী থৌওং অসি পুরাবীগী তৌদ-য়াদ্রবা অমা ওইবি। বোধচন্দ্রনা তৌখিবা অফবা অমসুং ফত্তবা থবক থৌওং খুদিংদা মহাক্কী এদভাইজব ওইরিবশিংনা চেন্নবগুম্মা, নিংথৌগী থবক থৌবম খুদিংমক্তা খ্বাইদগী চাউনা থৌদাং লৌখিবা আনন্দমোহন চেন্নদবা যাখিদে। মহাক মশানসু হায়জে ঃ "প্রাইভেট সেক্রেটবি অমসুং এ দি সি অনি অসিদি মহারাজগী লেঙবা যাদ্রবা এদভাইজরনি হায়বসি চিংননীংঙাই ওইদ্রবা ব্রাফান্ন। মীশক অনি অসিনা নিংথৌগী থবক্তা মবম চাদনা খঙ্ঙি-খঙদে, উই উদে হাযনা ঈশা-ঈশাগীদা য়েংদুনা থাজবা যাবগী ব্রাংমদা পাউথোকহনবসু(লান্না উহনবসু) মখোইগী লেমজনীংঙাই ওইদে।" (শিলং ১৯৪৯ লাঃ২০)

## শন্নপ্পা পুন্সি ব্রারী ঃ

ময়েংবম আনন্দমোহন ইং কুমজা ১৯১১ এপ্রিল ৩০ দা ইম্ফালগী কৈশামথোং এলাংবম লৈকাইদা পোকখি। অপোকপা যোগেন্দ্র সিংহনা মহারাজ কুল্লচন্দ্রগী কেসিয়র ওইনা থবক তৌরম্মী। অপোকপী থাবলসনাদি নবসিংহ মহারাজগী মজা ইবুংঙো ফাইবোক য়াইমনা পোকপনি। পোকমীন্নবা মচীল মনাও তরেৎকী মনুংদা নুপা অনি যাওবগী অতোনবনি। ময়াম্বা বাধামোহন সব জর্জ্জ ওইরম্মী। মহাক্না চুরাচান্দ মহাবাজ অমসুং বোধচন্দ্র মহাবাজগী মতমদা চহি ৫ / ৫ চুপ্পা কোনুং অসিদা পুন্না চহি ১০ থবক তৌবম্মী।



ময়েংবম আনন্দমোহন মতমদুগী মহৈ মশিল মাঙজীন থংনা তম্লম্বা অমসুং মহৈ হৈবম্বা মীশক্লি। মহৈ মশিংদা, ফিলোসোফি অমসুং সংস্কৃত সবজেক্ট লৌদুনা বি এ পাস তৌখি। লাইব্রেরী সাইন্সকী ডিপ্লোমা কোর্শ, নেসনেল

লাইব্রেরী কোলকত্তাদগী খ্বাইদগী ইহান-হান্না পাস তৌখিবা মণিপুর মচা লাইব্রেরীয়ান্নি। শিনফমদি, অহানবদা বৃটিশ পোলিটিকেল এজেন্টকী মখাদা কেরানি অমা ওইনা থবক তৌবা হৌখি। ইং ১৯৪৪ দগী ১৯৫০ ফাওবা কোনুংদা এ ডি সি ওইনা থবক তৌখি। মথংদা রাম লাল পাল স্কুলদা ওজা ওইখি। মণিপুর গভর্নমেন্টনা সেন্ট্রেল লাইব্রেরীদা লাইব্রেরীয়ান ওইনা হাপ্পিরবা মতুংদা মণিপুরদা মপুংফাবা লাইব্রেরি ঈহৌ লৈহন্নবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌখি। গভর্নমেন্টকী থবক্তুগী পোত্থারবা মতুংদা মণিপুর যুনিভর্সিটি ওইরক্কদৌরিবা জৱাহরলাল নেহরু য়ুনিভর্সিটি, সেন্টর ওফ পোষ্ট গ্রেজুয়েট ষ্টদিদা মণিপুরী সাহিত্যগী ওজা ওইখি। মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমিদা কলচরগা মরী লৈনবা লাইব্রেরী অমদি অর্কাইবস লিংখৎপদা অচৌবা শরুক য়াখি। পুন্সিগী অরোইবা মতম ফাওবা টি এস পাল মণিপুর ৱিমন্স কলেজগী ফাউন্দর প্রসিদেন্ট ওইখি। মতম খরগী ওইনা, নহারোল সাহিত্য প্রেমীগী প্রসিদেন্টস্ ওইখি।

মহাক্না লাইরিক ১০ ইরম্মী, মদুগী মনুংদা ফোঙদ্রিবা খরসু য়াওবি। (১) রারেং শৈরেং অরীবা (১৯৬৭), (২) গ্রেজুয়েট (ড্রামা ১৯৬৯), (৩) অঙাংগী রারী, (৪) দাক্তর (ড্রামা), (৫) রারেং মরি (১৯৮৭), (৬) শিক্ষা (১৯৭৪)(শ্রী মাগী 'ওন এদ্যুকেসন' দগী হন্দোকপা (৭) National Bibliography of Indian Literature (মণিপুরীগী শরুক নং ৫ (১৯৯০) (সাহিত্য একাদেমী দিল্লিনা ফোঙখি), (৮) অবাম্বম দবেন্দ্রজীৎকী পুন্সি অমসুং সাহিত্যদা তৌরম্বা দান (সাহিত্য একাদেমি দিল্লিনা ইংলিসতা ফোঙখি-২০০২), (৯) রবিন্দ্রনাথ টেগোরগী 'বাজা' মীতৈলোন্দা 'নিংথৌ' হায়না হন্দোক্লুনা এবিযান থিয়েটর, ইম্ফালনা টেগোর সেন্টিনারিদা দিল্লিদা দ্রামা শান্নখি (১৯৮৭), (১০) শিলং ১৯৪৯ (২০০৪)।

মহাক্না ইখিবা অমসুং পুন্সিদা তৌজরম্বা খরগীদমক্তা ইকাই খুম্নবা উক্তুনা মনা মথুম কয়া পীবিরকখি ঃ-

১। মণিপুর গভর্নমেন্টকী কমেন্দেসন সার্টিফিকেট (১৯৬২)

২। মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমিগী ফেল্লো (১৯৮৯)

৩। সাহিত্য ভূষন (১৯৯৫, মণিপুর সাহিত্য পরিষদ)

৪। প্রসসিত পত্রম (১৯৯৯, মণিপুর সংস্কৃত পরিষদ)

৫। মণিপুর লাইওন্স ক্লব (১৯৮৮) অমসুং রোটরি ক্লব (১৯৯৯) অনিমক্না 'শক্লাযববা সেনিয়ব সিটিজন' হায়দুনা ইকায় খুম্নবা উৎপীখি।

আনন্দমোহনগী পন্সিগী অরংবা মশক থিবা তারবদি, নিংথৌগী লৈঙাক ৱায়েলদা এ দি সি ওইনা এদভাইজব ওইরকখিবা (১৯৪৪-৫০) অমসুং মখা তারকপা ওজা, লাইব্রেরিয়ান ওইনা থবক তৌখিবা অসিদা মরুওইনা য়েংবা য়াই। মহাক্না ইং ১৯৪৪ মার্চ ১৬ তা পোলিটিকেল এজেন্ট (মণিপুব) মিষ্টব জিমসনগী ওফিস পায়রম্বদগী তোক্কুনা কোনুংগী ওফিসতা কেরানি ওইনা থবক পুরকখি। বেকোর্দ কিপর অমসুং টাইপিষ্ট ওইনা মথৌ তৌহনখি। মথৌদা থবক ঙম্না, থৌদাং লৈনা থবক তৌবগীদমক থোইদোকপা মফম অমা কোনুংদগী ফংখি। মসিগী মথক্তা যাম্না থাজবা য়াবা, শিন্নখিবদা শোয়দবা মীশক্লি হায়বসি কোনুংনা খঙখি। মহাক্না চহি অমা হনবা বোধচন্দ্রগী প্রাইভেট সেক্রেটরি সনসম গৌরহবিনা মহাবাজগা লোয়ননা লংফৈ চৎখিবা খোঙচৎ কযাগী মনুংদা মহাক্কী ইমুং মনুংগী থবকশিং ফাওবা আনন্দ মোহন্দা শিন্নরম্মী, মদু পাঙথোকখি।

## মপু ওইবগী ৱাখল চেনবা ঃ

কোনুংদা লৈরিবা মচা মনাই খরগী মফমদা বোধচন্দ্রনা থাজবা ঙমদবগী থৌদোক কয়া থোকখি। নিংথৌ কোনুং হাযরগা মপাম্লোংগী অবং-অবাক, নাৎকী অমসুং মতমগী হবাও কুম্মৈগী মযোল ওইবগা বাখল মীৎয়েংবু মমায চুমগদবা কাঙলোন অমত্তা লৈতবা মবম্না, কোনুং অসিবু খুদোংচাবা লৌফম ওইনা অয়াম্বনা উনৈ। মসিদগী বোধচন্দ্রনা মীওইশিং অসিবু থমোই শেংনা থাজবা ঙমদে। ৱাফম অসি নিংথৌখনবা অঙম্বশিং অমসুং হাওমচা লোযশঙগী লোয়শঙ মচাশিংনসু অদুম্মক তোযনা হাযবা তাখি। ঙসিমক হিংলিবা হাওমচা লোয়শঙগী থৌগল্লোয ওইরম্না ক্যামগৈদগী লোংজম ইবোতোম্বী (পোতোম্বী)নসু ৱাফম অসি অইবদা তত্তনা হায়খি। মরুওইনা, লৈমকোনগী রোযেল হেবেম ইবেম্মশিংগী লৈফমদা নিংথৌনা চেকশীনবা মীৎয়েং থমখি। অদুবু সনা ঈদগী ঈহৌরকফম ওইরিবা অমসুং অহল লমন হাক্তক্তগী হৌনা কোনুংগী সেবা তৌবক্লবা আনন্দমোহনবু কোনুংগী খ্বাইদগী অরোন-অথুপ ওইবা মফমশিংদা থাজীন্দুনা মথৌ পুহনবগী থৌদাং শিন্নখি। লৈমকোল য়েংশিনবগী অচেৎপা থৌদাং পুহনবদা নত্তনা কোনুংগা মরী লৈনবা থৌদোক-থৌরমশিং পুম্নমক

শিন্নখি। চহি অমগী মনুংদা থা ৪ দি কোনুংদা য়ারেক্কুনা নিংথৌগী ফিজি ফিনা নেৎপা তৌদনা নিংথৌ কোনুংগী অচেৎপা থৌদাং লৌখি। অসিগুম্বা থাজবা থম্বগী থৌদাং লৌবা অসিনা নিংথৌ কোনুংদা নত্তনা অতৈ মফমশিংদা অমসুং লৈবাক্কী ওইবা থৌদাংশিং পাযখৎপদা মথৌনা-মগুণ হাপকৎখি। থাজবা ফংলবা দ্রাইভর নৎত্রগা পাইলোটনা গাড়ি মপুগী পূক্লিং ঙমদুনা মমায় লৈবা ঙম্মী হাযবগুম্না, আনন্দমোহনগী অপাম্নামোতনা নিংথৌগী ফিরেপ ওইখিবগী থৌদোক যাম্না লৈখি।

## ইনষ্ট্রুমেন্ট ওফ এসেসন ঃ

আনন্দমোহন্না এ দি সি ওইনা লৈবিঙৈদা লৈঙাক ৰাযেলগা মবী লৈননা শরুক য়াখিবা মরু ওইবা ৰাফমশিংদি, আগষ্ট ১১, ১৯৪৭ তা নিংথৌনা খুৎয়েক পীখিবা Stand-still Agreement অমসুং Instrument of Accession অমদি মণিপুব মর্জর এগ্রিমেন্ট (১৯৪৯) অসিনি। নিংথৌনা তৌফম থোকপশিং তৌখিবশিং অদু এ দি সি অমসুং সেক্রেটবিগী অপাম্বনি, ঈচেল অমত্তনি।

মহাবাজ বোধচন্দ্রনা Stand-still Agreement অমসুং Instrument of Accession খুৎয়েক পীখিবা অসিনা মণিপুরগী নীংতম্বা মাঙখ্রবনি, ইন্দিযাগী মনুংদা মণিপুব তিনখ্রবনি হায়না লৌখি। মর্জব এগ্রিমেন্ট অদুদি 'সবজেক্ট টু টার্মস দিযর ওফ' হাযবসিগী মথৌ তাবা পাঙথোকপনি - হায়না লৌখি। অদুবু ৰাফম অসিদি যাম্না চযেৎনবক্লিবা অমা ওইববসু মতমদুগী ফীভমগী মতুংইন্না মহাবাজনা খুৎযেক পীখিবনি হাযনা আনন্দমোহননা লৌখি। মণিপুবগী লম্মিৎ-তুম্মীৎলোন (Geographical location) যেংলুবদসু অৰাং নোংপোক, খা-নোংচুপ ইকোয-কোযনা থাযনা যেলহৌঙৈদগী লান তৌনদুনদা লাক্লবা মপাঙ্গল কল্লবা চিনা, ম্যানমাবনচিংবা লৈবিবা লৈবাকশিং অসিনা মণিপুরনা নাইতোম তারকপদা য়োৎশীন্নবা ওমশীল্লক্লোই হায়নীংঙাই লৈতে হায়বগী ৰাখল মীৎয়েংদা মহারাজ বোধচন্দ্রনা খুৎযেক পীখিবরা হায়না মহাক্না খল্লি হায়বসিনি। (শিলং ১৯৪৯ লাঃ ২৪)। মীৎয়েং অমরোমদা, খুৎয়েক পীনরিবা পার্টিনা 'বোনাফাইদি' ওইদ্রিবা, ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রিমেন্ট শেম্না শাবগী নেগোসিয়েটিং কম্মিটিদা মণিপুরনা যাওবা লৈখিদবা, দোকুমেন্ট অনি অসিনা মণিপুরনা মনীংতমজবদা অমসুং নীংতম্বা লৈবাক অমা ওইবগী চৎন-পথাপ মণিপুর কনষ্টিট্যুসন এক্ট ১৯৪৭

চৎনবদা করিমত্তা অয়েৎপা পীখিদবা অমসুং মণিপুরনা মশাগী নীংতম্বা লাউথোক্নুনা (১৯৪৭ আগষ্ট ২৮) মশাগী কনষ্টিট্যুসন-১৯৪৭ চৎনবা হৌখিবা মতুংদগীদি হান্নগী কন্দিসন, ওব্লিগেসন ময়াম লৈরম্বা তারবসু লোইনমক মশানা ককথৎচখ্রে হায়বা মবম লৈবনা ষ্টেট ওইদ্রিবা বৃটিশকী দোমিনিয়ন ওইবিবা ইন্দিয়াগা মণিপুরগা ত্রিটি তৌনখিবা, খুৎয়েক পীনখিবদু চৎনবা য়াদবা, কেপাসিটি য়াওদবা ইনষ্ট্রুমেন্ট ওইবে হায়বগী চয়েৎনবা লৈবনা আনন্দমোহন্না হঙ্গৎনা য়েংনীংবগী ৱাখল পোকখিবরা হায়না খঞ্জে।

## মজর এগ্রিমেন্ট - ১৯৪৯ ঃ

মহাবাজ বোধচন্দ্রনা মর্জর এগ্রিমেন্ট খুৎয়েক পীরুগদবা ইং ১৯৪৯ সেপ্টেম্বর ১৬ কী খোঙচৎ অসিদা এ দি সি আনন্দমোহন অমসুং প্রাইভেট সেক্রেটরি সনসম গৌবহরি খোঙবু ওইদুনা তৌদ-য়াদ্রবা মরুওইবা থৌদাং লৌনখি। মহাবাজনা শিলং চৎপগী খোঙচৎ অসিগী মবমদি ইচম চম্লনি, মর্জব এগ্রিমেন্ট খুৎয়েক পীনবগী নত্তে হায়দুনা ময়েক শেংনা হায়রি। করিগুম্বা মর্জর এগ্রিমেন্টকী খোঙচৎ ওইবল্লবদি মহাক্কী থাজরবা ৱাইখোম চাওবা অমসুং এল আব কে সি চক্রবর্তি নচিংবা অখণ্ড-অহৈ খবসু খোঙচৎ অদুদা য়াওরমগদবনি। অদুবু মদুদা মহাবাজগী অখন্নবা মীশক কয়া য়াওখিদবা অসিনা মহারাজনা মদু খঙলগা চৎপা ওইরোই হায়না মোৎ পীখি। দেৱান বাৱাল অমর সিংহনা থকশী· খাশী ৱাৎনা চথরকখিবা অদুগী মথক্তা ৱারক ৱাতেমহন্নবগী ৱাখলগা লোযননা, শল হাৎপা থিংবগী ৱাফম অসি ষ্টেটকী মনুংদা তেনশীন্নবা য়াদবা থাক লাকপদগী শিলংদা গভর্নর উন্নদুনা খন্ননবগীদমক্তা চৎপা খোঙচৎনি। মসিগীদমক মাঙজৌননা গভর্নরগী অয়াবগা লোয়ননা মতম লেপ্লদুনা চৎপা খোঙচৎনি হায়বসিনি। অদুনা থোক্লরিবা নুংঙাইত্রবা থৌদোক অসি অদুম হায়না থোক্লগনি হায়বা কন্না অমত্তনা খঙবা নত্তে হায়না আনন্দমোহন্না পীখিবা মোৎনা মণিপুর পুৱারী ওইরি।

সেপ্টেম্বর ১৮, ১৯৪৯ দা মহারাজ বোধচন্দ্র, সনসম গৌরহরি অমসুং ময়েংবম আনন্দমোহোননা শিলংগী গভর্নর শঙ্গায়দা (অয়ুক পুং ১১) গভর্নর উনবা চঙখি। হান্না থৌবাং তৌদুনা লৈরম্লবা গভর্নর প্রকাশ, এদভাইজর এন কে রুষ্টমজি অমসুং টি এস কৃষ্ণমুর্ত্তিগা মীৎকুপ খরদং পূন্না ফম্মীন্নখি। ফোর্মেল ওইনা ৱারী শান্নদ্রিঙৈগী মমাঙদা প্রিন্ট তৌরবা চে সেট অনিখক কৃষ্ণমুর্ত্তিনা

MA

পুথোরকখি। প্রকাশনা সেট অমা মহারাজদা পীরগা মদুদা খুৎয়েক পীবীয়ু হাযরকখি। আনন্দমোহেন্না চেগী ৱাফমশিংদু মুন্না পারগা ''মসিদি শ্রীযুৎনা খুদক্তা হেক্তা সোই থোনবদি ফগদবা মান্দে'' হায়না হঙ্গৎখি। মহারাজনসু ''হোযনে ঐসু মদুম্না খল্লি'' হাযনা তাকপীখি। গৌরহবিসু অতোপ্পা কা অমদা রুষ্টমজি উন্নকুবদগী থোরক্লগা ''ননাই এ দি সিনা হঙ্গৎপা য়াম্না চুম্মি'' হায়দুনা আন্নমোহ্নেনবু শৌগৎখি। পুৱারীগী চিৱবা তানফম অসি আনন্দমোহন্না মমায় চুমলি।

মহারাজনা মহাক্কী কাউন্সিল ওফ মিনিষ্টরস তান্নখিগে, লোগী ৱাফম য়েংশিনখিগে, ইম্ফাল থোক্লুখিগে হায়খি। মসিদা গভর্নবগী মায়কৈদগী প্লিদ কয়া তৌদুনা তকশীল্লকখি। মণিপুব ষ্টেটতা মহারাজগী সোবরেন্টি হৌজিকসু লৈরি, নিংথৌনা তৌবা ঙমদবা লৈত্রি, খুৎযেক পীবীযু অসিনি। গভর্নরগী এদভাইজব রুষ্টমজিনা - ''মহারাজনা খুৎয়েক পীগদবনি, পীদবসু য়ারোই, খুৎয়েক পীদনা শিলং থাদোক্লুনা চৎপসু য়ারোই'' হার্যখি। মসিনা মহারাজবু যেক্লবনা লাঙ্গোয় চল্লবা লানফা অমা ওইনা পূক্লিং ৱাখলগী ওইবা অওৎ-অনৈ চপ চানা ফংহনখি। পুঙমদবা অৱাবা অমা ওইনা মহারাজনা নুমিদাংৱাই কেম্পাদা হল্লক্লুনা পোত্থাবিঙৈদা মহাবাজনা মতম অমদা ইম্ফালদা লুনা তৌখিবা এস পি (সি আই দি) দাসগুপ্ত চঙলক্লুনা ৱা অমা কাপশীল্লকখিবা অসিনা ৱাবদগী হেন্দোক্লুনা খোঙফম লেঙবা যাহন্দবগী হু অমসু কামশীল্লবে - ''মহাবাজনা এগ্রিমেন্ট সোই তৌ হায়বা যাদ্রবদি, মহাবাজবু নিংথৌ ওইবা তোকহল্লগা, অতোপ্পা মীশক অমবু নিংথৌ হাপ্লগা সোই তৌহনবা হায়বসি য়ুনিয়ন গভর্নমেন্টকী শেম-শাদুনা লৈববা ফিরেপনি।'' তাঞ্জা অসিদদি এদভাইজর অনিনা নিংথৌগী অনিংবা অপান্বদা খুৎ থিংজিনখিদে, মসিগী অফ-ফত্তগী মহয় চানীংঙাই ওইখিদে।

দাসগুপ্তগী চালাক নৎত্রগা শেংদোক ৱারোল অসিনা নিংথৌগী পূক্লিং ৱাখলদা অৱাবা পন্দোল লোম্না পীখিবদা নত্তনা, মখল অনিগী লাং অসিদা নিংথৌবু নমথু-থুহনখি। সেপ্টেম্বর ২১ দা নিংথৌনা মর্জর এগ্রিমেন্ট খুৎয়েক পীখি। চহি লীশিং কয়াগী চাওখৎপা লৈচাওরোলগী মপাউ তমদুনা অমসুং মদুগীদমক্তা চাউথোকচনা লেঞ্জরক্লিবা মণিপুর মীয়ামগী নিংথৌবু লেমজনীংঙাই ওইদবা মওংদা লানফা ওইহন্দুনা ইন্দিয়াগী ফীবান্নুংদা চঙহনখি। মনমোহন অমসুং গৌরহরি অনিনা য়ানীংদবা পেন্দবগী মোত ফোঙদোক্লখি। আনন্দমোহন্না

নুমিত্তুগী নুমিদাংৱাইরমদা গৌবহরিদা হায়খি ঃ ''বাবু, সুর্যান্তের সঙ্গে সঙ্গে মণিপুরের ভাগ্য সুর্য্যও অস্তমিত হইল।'' (নুমীৎ তাবগা লোয়ননা মৈত্রবাক্তা নিংথৌ পানবগী মতম লোইরে) অসুম্না মণিপুবগী নিংথৌদি শীঙখোংদা লোইগনি হায়বা পাউবৌদু চুমহনখি হায়না আনন্দমোহন্না মণিপুর পুৱারীগী ঈচেল হোংবা অসিবু য়াম্না থাজখি।

**মর্জর য়ানীংদবা ঃ**

আনন্দমোহন্না ফিলোসোফি অমসুং সংস্কৃত সবজেক্ট লৌরকপগা লোয়ননা নুংঙাই-য়াইফবা, কাঙলোন নাইবা, ওর্থোদোক্স ফেমিলিদগী হৌরকপা ওইবনা পুযাগী নৎত্রগা চীঙ্খাং ৱারীদা য়াম্না থাজবা থম্মী। ''মণিপুবগী নিংথৌদি ভূবন শীঙখোংদা লোইগনি, পাৎকী থবোইনা কংলাদা মকম থুরগনি...'' অসিনচিংবা য়াম্না থাজে। বোধচন্দ্রসু মসিদা থাজবা লৈবগুম তৌই হায়না মোত পীবি। ইং কুমজা ১৯৪৮ দা মহাবাজনা জিবিবামদা টুর লেঙখিবা মতমদা আনন্দমোহন্না থৌগল তৌখি। জিবিবামগী থবক লোইবগা আনন্দমোহনবু লক্ষীপুরদা থম্নম্লগা থৌগল মচা খরগা লোয়ননা কাছাবগী ভূবন চীং তম্না লেঙখি। মফম অদুদা লৈবা মহাদেব ঈরাত্তুনা খুরুম্লককি। মসিবু মণিপুর নিংথৌ (ফাংখোঙ কোয়বা)গী অরোইবা তাংককি হায়না লৌখি। অসুম্না পুযাগী ৱাফমবু মহারাজনা থাজবা অসিনা মর্জরগী লূদা মহ্ কামদ্রবা লিনগুম্না থুখিবরা হায়বসি এ দি সি অমসুং সেক্রেটবিগী মোতনি।

মর্জর এগ্রিমেন্ট অসি আনন্দমোহন্না য়ানিংদ্রবসু, ফীভম্না মবম ওইদুনা তুমীন্না লৈবা তাখি হায়বগী ৱাফম ফোংদোকপা উবি। বোধচন্দ্রনা হিংলিঙৈ মতমদা মশক নাইবা কনাগুবা অমত্তনা থৌদোক্কুগী মরমদা ঙসি থোবক্লিবা অসিগুম্বা ৱাফম কয়া অসি মরম চানা লাকখিদে। মদুগী মহুত্তা অনৌবা য়াওলগী লৈঙাক মনুংদা লীৎশিন্নবা খোইরেন মশা পাইখি। হৌজিক্তদি বোধচন্দ্রনা খল্লম্না অদু করিসু ওইদ্রে, কান্নদ্রে হায়রদুনা আনন্দমোহন্না ফোঙদোকখি।

মর্জর এগ্রিমেন্টকী পাউ অসি হেক তাবদা লময়ানবা ইরাবোতনা মীরোৎ অমা ওইনা নম্বোলগী ইমুং অমদা লোৎলম্বদগী শুমাংদা থোরক্কুনা মহাক্না পায়রম্বা চে-কলম লংথোকখি। য়ানীংদবা ফোঙদোকখি। ৱাফম অসি কোন্না খঙনরকখিবনি। অদুবু অপূনবগী ওইবা ৱারেপ অমা লৌখি হায়বদি থেংনদে।

MA

কংগ্রেসকী মেম্বর শগোলশেম ইন্দ্রমনিনা পাউ অদু তাবদা কংগ্রেস পার্টিদগী তোকখি অমসুং মহাক্কী টুপি (কংগ্রেস) অদু মমান্নবা কংগ্রেসকী মরুপ অমদা পীথোকখি। মণিপুরগী চীংগী লুচিংবশিং- আব খত্তিং, মি. দাইহো, মহারাজকুমার প্রিয়োবর্ত্ত য়াওনা লুচিংবশিংনা মর্জর এগ্রিমেন্ট অসিবু য়ানীংখিদে। খুৎলাই হায়বগী লানহৌ চথদুনা নীংতম লান শোক্লবগী ফিরেপ লৌনখি হায়বগী ৱাফম লৈখি। মতমদুগী নীংতম্লবা মণিপুবগী ষ্টেট এসেমব্লিগী মীফম অমা জোনষ্টোন স্কুল, ইম্ফালদা সেপ্টেম্বর ২৮, ১৯৪৯ নুংথিল পুং ২.৩০ তাবদা মতমদুগী স্পিকব টি সি টিয়ানখমনা চেয়র লৌদুনা অতৈ মেম্বর ৪৩ য়াওনা পাঙথোকখি। মীফম অদুনা ভি পি মেনন অমসুং মহারাজ বোধচন্দ্রগা মর্জর এগ্রিমেন্টকী খুৎয়েক পীনখিবদু নিযমগী ৱাংমদনি, মদু চৎনবা য়ারোই হায়না ৱারেপ লৌখি। মরী লৈনবশিংদা থাখি। অদুবু মদুগী কান্নবা মহয করিসু লাকখিদবে, সুপ্নগী থবক থৌওং অদুনা মখা তানা চেকশীন্না নৌহৌনা হোৎনরকপা নত্তনা কবিসু কান্নখিদরে। মদুগী মহুত্তা, মতমদুগী চিফ কম্মিস্নব বৱাল অমব সিংহ, মেজব জেনবেলনা গেজেট নোটিশ থোক্লুনা মণিপুর ষ্টেট লেজিসলেটিব এসেমব্লি মুথৎখি অমসুং মিনিষ্টরশিংগী পৱাব লৌথোকখি। লৈঙাক পাঙ্গল পূন্নমক চিফ কম্মিস্নরনা পায়শীল্লে হায়না লাউথোকখি।

মণিপুবগী মীযান্না ইং ১৯৯৩ ওক্তোবর ২৮ অমসুং ২৯ দা নেসনেল কনবেন্সন পাঙথোক্লুনা ইন্দিয়ানা মণিপুববু লৌশিনখিবা মর্জর এগ্রিমেন্ট-১৯৪৯ অদু লাল্লি, মদু চৎনবা চুমদে হাযনা ৱাবেপ তাখি। অদুবু বোধচন্দ্রনা হিংলিঙৈ মতমদা মীয়ামগী ওইবা মশক থোকপা ঈহৌ লাক্লুনা মর্জব এগ্রিমেন্টদা শরুক য়ারুবশিংগী মবক্তগী কনাগুম্বনা শেংদোকফম, অপাম্বা ফোঙদোকফম থোকপা ফোংদোকপা ঙমহৌদবা অসিগীদমক মনমোহননা নুংঙাইতবা উৎলি। শিলং খোঙচৎতা মণিপুর মীয়ামগী মপু ওইরিবা সনা কোনুংবু, নিংথৌবু নমজা-নমথেক্লনা, ইকায়নীংঙাই ওইবা মওংদা মুনখিবা মর্জর এগ্রিমেন্টকী থৌওংবু পেন্দবা ফোঙদোক্লুনা ঙসি মণিপুরগী অনৌবা মীরোল হুপ্না মর্জর এগ্রিমেন্টকী মায়োক্তা হৌবক্লিবা মনুং মপানগী ঈহৌ পূন্নমক্তা, যাওল ঈহৌদা শৌগৎনিংবা অপাম্বা ফোঙদোক্লি। মর্জব এগ্রিমেন্টকী মায়োক্তা চঙশীল্লিবা মণিপুবগী নীংতম ঈহৌ চথবিবা মবোয়-মনাওশিং মপূক্লিং শোহ্নগনু হায়না থৌনা ফনা ফোঙদোক্লি। নীংতম লানফমদা থৌনা ফনা, খোঙফম চেৎনা মাইযোক য়ারকউ হায়না নীংতম্বগী

সিগ্নোল লৌরিবা মণিপুর মহারাজগী থৱাই মিরেন্না পাউজেল্লি অমসুং লাইওইশ্নবা ইনিংথৌশিংগী অপান্না অমসুং য়াথং পাঙথোকপনা ঙসিগী মীরোলগী লেঙফদ্রবা থৌদাংনি হায়না পাউজেল পীরি। ৱাফম অসিমক মবৈবাক নুংশিবগীদমক্তা পুন্সি কথোকপা ঙম্লবা য়াওল ঈহৌরোয়শিংনা ঙাংনবা ৱাহৈনি।

## কোনুংগী পুন্সি ৱাংমদা ঃ

মর্জর মতুংদা চিফ কম্মিস্নরনা ষ্টেট লৈঙাক্কী পাঙ্গল পুম্নমক পায়শিনখিবদগী হান্নগী লৈঙাক কাঙলোন পুম্নমক অনৌবা লৈঙাক কাঙলোন্দা হোংদোরকখিরম্মী। মী পুম্নমক্না অনৌবা কাঙলোন্দা মনুং চনশিন্নখ্রবসু, আনন্দমোহনদি কোনুংগী থবক পুনবা মখা তানা হোৎনবিঙৈদা অনৌবদা যাওবা ঙমখিদে। মসিদনি মহাক্না "শঙ্গাই (থাং) অথৌবনা মখোক ইৎপা ঙমদে" হায়না পনখিবদু। মসি মহাক্কী থৌদাং, পুকচেল শেংবা অমসুং নুংশিবা হৈবগী মগুণ চেনবা অমনি। মহাক্কী সার্ভিসপু শঙ্গাই থাংগুম্না থৌরবসু, মহাক্কী খোঙথাং অসি লৈবাক্কী সেবানি হায়না থাজবা মরমদগীনি।

## খুন্নাইগী মীৎয়েং ঃ

কোনুং থাদোক্লগা বাম লাল পাল হায়স্কুলদা চহি ৬। ৭ ওজা ওইবম্বা, ইং ১৯৫৮ দা মণিপুর ষ্টেটকী দিষ্ট্রিক্ট লাইব্রেরি লিংখৎপদা অহানবা লাইব্রেরিয়ান ওইনা গভর্নমেন্টকী থবক তৌখিবা, ইং ১৯৭৩-৭৪ দা জে এন য়ু সেন্টব ওফ পোষ্ট গ্রেজুয়েট ষ্টদিদা এসিষ্টেন্ট প্রোফেসার ওইনা মণিপুরী সাহিত্যগী 'ভক্তি সাহিত্য' দা তাকপীরম্বা, ইং ১৯৭৫-৭৯ দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীদা লৈদুনা লাইব্রেরি অমসুং অর্কাইব য়ুনিট হাংদুনা লৈবাক্কী অৱাংবা থাক্তা পুখৎনবা একাদেমী অসিদা অঙম্বা থাক্তা মতেং পাংখিবা অসি খুন্নাইগী য়াইফনবগী অমসুং খুন্নাইগা মীদোম (ইন্দিবিদুয়েল) গা লৈনবা মরী (সোসিয়েলাইজেসন) চেৎশীলহনখিবগী মরুওইবা থৌওংনি। মতমদুগী লাইরিক হৈবগী মশীং তাঙলিবা খুন্নাইবু লাইরিক হৈহন্দ্রবদি, খুন্নাই অমসুং লৈঙাক্কী প্রোব্লেম শঙলোই, মর্জর এগ্রিমেন্টকুম্না অরুবা লৈঙাক্কী ৱাফমশিংগী মায়োক্তা হৌগৎলকপা ঙমলোই হায়বসি মহাক্না খঙলমগনি, মসিগীদমক্তা ৱারমগনি।

MA

লাইরিক হৈহনবা হায়বসিদা লাইরিক য়াওদ্রবদি য়াদবা মরমনা, লাইব্রেরী মতীক চানা লৈহন্দুনা লাইব্রেরি ঈহৌ অমা পুরকপা মথৌ তাই হায়বসিদি মহাক্না কন্না থাজখি। মদু থবক ওইনা পাঙথোক্লবা চঙশীনখি। মীয়াম পূন্নমক লাইরিক হৈহন্দুনা খুন্নাইবু নোলেজ সোসায়তি ওইহনবগা লোয়ননা অপূনবা খুনাই অসিগী লৈচাওরোল থাংগৎনবা হোৎনরক্লিবা লমদমসিগী কেম্পেইন অসিগী লময়ানবদি ময়েংবম আনন্দমোহন্নি। তশেংনমক লাইব্রেরী ঈহৌ অসি মণিপুরদা মতীকচাবা ইনবেষ্টমেন্ট অমসুং মেনেজমেন্ট তৌদুনা খুন্নাই অমসুং লৈঙাক্কী থাক্তা খাইদগী মরুওইবা চঙশীনফম থোক্লিবা অমনি। নারক্তা তারিবা হি-য়াই অমনি। মতম অমগী হুইবোংবম অতুলচন্দ্র (মীয়াম্মা তোলচৌ হায়না খঙনবা) গী লাইব্রেবি ঈহৌ অদুবু মহাক্কী ইমুং মনুং অমসুং লাইব্রেরী এসোসিয়েসনগী মীওই খরা নত্তনা অতৈ গভর্নমেন্ট অমদি খুন্নাইগী মীয়াম্মা ঙসি করম্না নীংশিংবিবিবগে ? মীশক অসিগা আনন্দমোহনগা হীরমসিদা খুৎশম্নখি। পূক্নিং নুংশিনিংঙাই ওইবিবা খুন্নাই অমসুং লৈঙাক্নি। মরম অদুনা লাইব্রেরীগী লময়ানবা আনন্দমোহনগী মফমদা ঙসিগী মীরোন্না লুচিংবগী থৌদাং অদুবু শকখঙবীবগা লোয়ননা ইকাযখুম্নবা উত্তুনা লাইব্রেরী ঈহৌ অসিগী খুথাঙ লমজেলদা মাঙজীল থানা থরাই যাওনা শরুক য়াখিবগী তৌবীমল শিংগদবা লৈরি।

সেন্ট্রেল লাইব্রেরীগী চিফ লাইব্রেরীয়ান ওইরম্না আনন্দমোহন্না হায়বম্মী ঃ "Manipuris became a subject race and their economy was exploited by the British and their henchmen coming from India." মিদল ক্লাসতগী থোরকখিবা ব্যুরোক্রেট ওফিসার অমা ওইনা আনন্দমোহনগী রাখল মীৎয়েংদি খোঙয়া থম্বালগা ইমা মালেমগা মতম পূন্নমক্তা শম্নবনি, মীচম মীয়াম্মা লৈবাক্কী লাইবক লেপহনবা অসিনি।

## শল হাৎপা থিংবা ঃ

মহারাজ চুরাচান্দগী মতম অমসুং বোধচন্দ্র মহারাজগী মতমদা তম্পাক্তা শল হাৎপগী মায়োক্তা মীয়াম্না য়ানীংদবগী অচৌবা রাফম অমা পুখৎখিবা অসি মায়কৈ কয়াদা মবম চারবা চুন্নবা রাকৎনি হায়না লৌনরি। ঈহৌ অদুবু খোঞ্জেল থোকহনখিবশিংগী মরুওইবা হৌরকফমদি কোনুংদা থবক তৌরিবা এ দি সি, প্রাইভেট সেক্রেটরি, হাওমচা লোয়শঙগী থৌগল মচাশিং অমসুং অতৈ কোনুংগী

মীওইশিং অসিদগীনি। লাইনিং-নাৎ চৎনবীদা শীংনবা য়াবা, মীয়ামগী পূক্নিং ৱাখল তপথহল্লোইদবা অমসুং লৌউ-শিংউ শেম্মিৎলোন, মহৌশাগী শক্তমদা অকায়বা পীগদবা থৌওং অসিবু থিংহৌনবগী ঈহৌ শাগৎখিবা মরুওইনা নিংথৌগী এদভাইজরশিংবু মীয়াম্না তৌবীমল খঙবা উৎফম থোকপদু খুন্নাইগী মাঙদা তারি।

## আনন্দমোহনগী মশক লেপ্পা ঃ

আনন্দমোহনবু মশক লেপ্পবা নৈনবদি, মতম অদুগী নিংথৌগী মবী-মতা, নিংথৌ শাগে অমসুং বাবু ক্লাসকী পুন্সি মশক অমদি লৈবাক্কী থবক্তা মখোইনা কমদৌনা শরুক যাবা অমসুং মীচম-মীয়ামগী গ্রাস রূট লেভেলগা করন্না মরী লৈনখি হায়বদু উশিন্নবা হোৎনদুনা থুগায়দুনা য়েংবা অমনি। লোয়ননা, বৃটিশ লোইলম লৈঙাক্লা শেন্দোং তানবা মওংদা ফদি শুস্নগুম্না শুমদুনা লৈঙাক ৱায়েল চত্থবগী মীয়ামগী মফম ফংহন্দ্রবা কোলোনিয়ল রুলগী ইমপ্লোয়ী অমগী পুন্সি মশক অমসুং মথৌদাং য়েংবনি। লোইলম লৈঙাক্কী মনুং মপান নাইবা এদমিনিষ্ট্রেসন অদু মাঙদা থাংদোক্কুনা য়েংবনি। লোয়ননা, মীয়ামগী থম্মোয়দা তাশোন্না থিল্লিবা মর্জব এগ্রিমেন্ট নৈনবনি। মবৈবাক নুংশিজবগী থবক তৌবিবা মণিপুরী নেসনেলিজম্না মহাক্কী মফম ফংদ্রবা, অকক্নবা, অখুবা লম্বী অমদা পোথাফম খঙদনা চৎলিবা মচৎ অদু য়েংবনি, নৈনবনি। পুন্নমক্কী লম্বীশিং অসি য়েংলুবদা আনন্দমোহনগী মশামক্লা কল্লম্না মণিপুরী নেসনেলিজমগী মফমশিং তোপ তোপ্পা উবা ফংলি।

## বোধচন্দ্রগী মায়থোং অহুম ঃ

বোধচন্দ্রনা ফংখিবা মায়থীবশিংদা মহাক্কী এদভাইজর অনি চেন্নবগুম্না, মহাক্লা চীংমী তম্মী মীয়ামগী অনীংবা-অপাম্বদা য়ুম্ফম ওইবগা পাঙথোকখিবা মায়পাকপশিংদসু এদভাইজর অনিগী শরুক য়াওবি। মসি পুৱাবীনা কানদুনা চৎপা ঙমদ্রি। তশেংনমক বোধচন্দ্র মবৈবাক য়াম্না নুংশিজবা মীশক ওইরম্লবসু, মহাক্কী মতমদা থোকখিবা লাইবক থীবা থৌদোক চা কয়াগী মহয় মহাক্লা ফংবা তাখিবনি। অনৌবা মীবোলনা মহাকপু লাইবক থীবা নিংথৌনি হায়না মহাকপু অচৌবা মফম অমা কলহল্লিবা অসিগী তৌবীমলদি আনন্দমোহন অমসুং

গৌরহবিগী অচৌবা শরুক য়াওরি। মখোই অসিগী মপু ওইবগী ৱাখল, মরৈবাক নুংশিজবগী ৱাখল-থৌওং অসিনচিংবা মগুণ পূম্নমক অসি মীওইবগী হকচাং অমত্তগী মায়থোং অহুম পানবগী শক্লোন অদুনি।

## ৱারোইশিনঃ

কুনশুবা চহীচাগী অহানবা মীরোল মবক্তগী থোরকখিবা ময়েংবম আনন্দমোহন্না মতমদুগী খুন্নাইগী পূক্নিং ৱাখল খঙনা চৎলম্বা খক্তা নত্তনা, লাক্কদৌবিবা ২১ শুবা চহিচাগী খুন্নাইগী উচল উহক চান্ননা হুকচীন-পানশিন্নবা হোৎনরম্বা অসিমক মীওইবা খুন্নাইদা তৌবম্বা মমল নাইদ্রবা খুদোলনি। মতমদুগী অমসুং ঙসিগী মীরোলগী পেন্দ্রবা, খোইরাং-খোইশাওনবগী নোংলৈ নুংশীৎ মবক্তা অপূনবা মফুরুপ্পু নুংশিবগী অচেৎপা ৱাখল লৈহন্নবা হোৎনবম্বা, অপূনবা ফুরুপ অসিগী লিংজেল মান্নবগী চুমশীন্নবা পুন্সিরোল শেমগৎনবা হোৎনজবম্বা অমসুং থাযনগী মঙাল-মশেক্তা হৌজিক্কী ওইবা চিরবা খোঙফম লৌনবা হোৎনবদা মণিপুরী নেসনগী অওনবা অচুম্বা লম্বেল থিরম্বা অচৌবা মীশক অমনি, মণিপুব পুবারীগী অতাঙবা খুদোলনি। পোলিটিকেলগী থাক হোংখিবগী ওমচাক্রবা অৱাবনা মৈবী ওইদুনা ঙসি ফাওবদা ঐখোয়গী থম্মোয়নুংদা ওমখত্তুনা মৈৱাইরিবা, অওনবা থাক কৈদৌঙৈ লাক্কদগে হাযনা লাঙতক্লরিবা, লোই লৈঙাক্কা পামজবা মওংদা জিও-পোলিটিক্সকী পুৱারীনা অমগা অমগা চিংখাইনরিবা, ২১ শুবা চহিচাগী মণিপুরী নেসনেল কুইশনগী এজেন্দা থিরিবা মীয়াম্না তুংগী লাইবক থিনবা হোৎনজবিবা অমসুং চীংমী-তম্মী অনিনা শেম্মীন্নবকখিবা সোসিয়েল দাইনামিক্স অসিবু পুৱাবীগী মমৈখোম্বা ফম্নাইবা, ড্রামা ইবা, ৱাবেং ইবা, ওজা অমসুং লাইব্রেরি লময়ানবা ঈহৌরোয ময়েংবম আনন্দমোহন্না যাম্না চেকশীন্না লৌদুনা পায়খৎলম্বা মায়ওল পীবগী থৌওংশিং অসি মণিপুর পুৱারীগী মৈনা ঈশিংনা মৱাক চামহনবা ঙম্লরোইদবা পুৱারীগী নীংশিং যুম্বী ওইহৌরগনি।

মতেং লৌজখিবশিং ঃ

১। শিলোং ১৯৪৯
- ময়েংবম আনন্দমোহন সিংহ

২। ভারতকী লোইলম মণিপুর
- পান মণিপুর যুঠ লিগ

৩ মণিপুর পুৰারী ২১ শুবা চহীচা
- এন সনাজাওবা

৪। কলম্নিষ্টকী টাবু
- হাওবম সনাজাওবা

৫। আর কে মাইপাকস্না
- কাংঙুজম মধমঙ্গোল

৬। মণিপুবদা ইহান হানবা সত্যাগ্রহ আন্দোলন
- আর কে মাইপাকস্না

৭। সেমিনারগী খোমজীনবা ৱারোল (৬শুবা ভোল্যুম)
- মণিপুব ষ্টেট অর্কাইবস, মণিপুব

৮। সেমিনারগী খোমজীনবা ৱারোল (৭শুবা ভোল্যুম)
- মণিপুব ষ্টেট অর্কাইবস, মণিপুর

৯। চৈথাবোল কুম্বাবা
- এল ইবুংঙোহল, এন খেলচন্দ্র

১০। চন্দ্রকীর্ত্তি, চুরাচান্দ, বোধচন্দ্র
- তখেল্লম্বম রোমিল্লা দেবী

১১। দিভলপমেন্ট ওফ মণিপুরী নেসনেলিজম
- এস আর ইনষ্টিট্যুট ওফ মণিপুর ষ্টদিজ, ইম্ফাল

১২। পুখ্রম্বা গুলাবকা উন্নজখিবা (আর্টিকল)
- ঐচ. সনাজাওবা

১৩। লোংজম ইবোতোম্বীগা উন্নজখিবা (আর্টিকল)
- ঐচ সনাজাওবা

১৪। সনসম গৌরহবিগী পুন্সি ৱাবী (ফোঙদ্রিবা খুৎই লাইরিক মচা)
- সনসম উমানন্দ

MA

# লাইব্রেরীগী লময়ানবা শ্রীময়েংবম আঁনন্দমোহন সিংহ

ডাঃ থৌনাওজম খোমদোন সিংহ

লাইব্রেরিয়ান, মণিপুর ইউনিভর্সিটি

শ্রীময়েংবম আঁনন্দমোহন সিংহ শোক ১৯১১ গী এপ্রিল তাং ৩০ দা কৈশামথোং এলাংবম লৈকাই, ইম্ফালদা পোককি। অদুবু একাডেমিক রেকোর্দকী মতুং ইন্না মহাক্কী পোকপগী নুমিৎ অসি শোক ১৯১৪ গী মার্চ তাং ১৬ হায়না অদুম খঙনখ্রে। মহাক্কী অপোকপা জোগেন্দ্র সিংহনা মহারাজ কুল্লচন্দ্র সিংহগী কেসিয়ার ওইবম্মী, মহাক্কী অপোকপী রাজকুমারি থাবলসনা দেবীনা মহারাজ নরসিংহগী মচানুপা ফাইবোক যাইমগী মচানুপীনি। পোকমিন্নবা মচিন-মনাও তরেৎকী মনুংদা নুপা অনি যাওবগী অতোনবনি। মবম অদুনা মাবু তোম্বা হায়নসু খঙনবমই।

শ্রী আঁনন্দমোহন মেরিত স্কোলারসিপ ফংদুনা লাইরিক তম্লগা জোনষ্টোন হাই স্কুল (হৌজিক্কা হায়র সেকেন্দরি ওইববা) দগী মেত্রিক পাস তৌখি। ময়াম্না আইঃ এঃ হায়না খঙনবম্বা ইন্টরমেডিএতনা সিলহেটকী মুরারিচান্দ কোলেজদা পাস তৌখি। বিঃ এঃ না কোটন কোলেজ, গৌহাটিদা তম্লগা পাস তৌখি। লাইব্রেরি সাইন্সকী ডিপ্লোমানা নেসনেল লাইব্রেরি, কলকতাদগী শোক ১৯৬২ দা পাস তৌখি।

শোক ১৯৩৯-৪৪ অসি শ্রী আঁনন্দমোহন অসি বৃটিশ ওফিসারশিংগা যাম্না তিন্ন-তোৎনদুনা লাকই। শোক ১৯৪৪-৫০ ফাওবদা মহারাজ বোধচন্দ্রগী এসিসটেন্ট এঃ ডিঃ সিঃ অমসুং প্রাইভেট সেক্রেটরিনচিংবা ওইরকই। শোক ১৯৪৯ গী সেপ্টেম্বর তাং ২১ দা শিলোংদা মণিপুর মর্জর এগ্রিমেন্ট শোই তৌনবা চৎপদা মহারাজগা লোইননা চৎলি।

শ্রী আঁনন্দমোহন লোল যাম্না খঙবা, বেঙ্গলি, অশামি, সংস্কৃত অসিনচিংবা ইংলিশ, পাবা অমসুং ঙাঙবা ঙম্বা মীশকনি। রামলাল পাল হাই স্কুলদা শোক

১৯৫১ দগী ১৯৫৮ ফাওবা ওজা ওইরিবম্মী অমসুং হৌজিক্কী মণিপুর ইউনিভর্সিটি অসিনা হান্না জেঃ এনঃ ইউনিভর্সিটিগী পিঃ জিঃ তম্নবা সেন্টর ওইরিঙৈ শোক ১৯৭২-৭৪ দা মণিপুরী লেঙ্গোইজ অমসুং লিটরেচরগী ওজা ওইনসু থবক তৌরিবম্মী। ওজা অমা ওইবগী গুণ পুম্নমক য়াওবা মীশক্নি।

শ্রী আনন্দমোহন সিংহনা শোক ১৯৭৩-৭৪ দা নহারোল সাহিত্য প্রেমি সমিতিগী প্রসিডেন্ট অমসুং শোক ১৯৮৫-৮৭ তনা কলচরেল ফোরমগী প্রসিডেন্ট ওইরিবম্মী অদুগা টিঃ এসঃ পাল মণিপুর রুমেন্স কোলেজগীনা ফাউণ্ডর প্রসিডেন্ট ওইরিবম্মী। খবর, মেগাজিন কয়াদা রারেং শৈরেং কয়া হাপ্লদা নত্তনা গান্ধিজি নিংশিং চেফোং অমসু শোক ১৯৭০ দা এডিট তৌদুনা ফোঙরিবম্মী। ওজা অসিনা নেসনেল বিব্লিওগ্রাফীদা ইন্দিয়ান লিটরেচরগী (মণিপুরী শরুক) অদু কমপাইল তৌদুনা শোক ১৯৮৯ গী ভোল্যুম ৫ শুবা ওইনা ফোঙলম্মী। ওজানা ইদুনা ফোঙরিবম্মা লাইরিকশিং অদুদি মখাগী অসিনি।

(১) রারেং শৈরেং অবিবা,

(২) ডোক্তর,

(৩) গ্রেজুয়েট,

(৪) অঙাংগী রারি,

(৫) শ্রীমা ওন ইডুকেসন (হন্দোকপা),

(৬) রারেং মরি,

(৭) শিলং ১৯৪৯

অইবা মীশক অমা ওইনা শক খঙবীদুনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ওজাবু **সাহিত্য ভুষন** গী উপাধি অমসুং শোক ১৯৮৯ দা মণিপুর ষ্টেট কালা একাডেমিনা মণিপুরী লিটরেচরগী ফেলো পীবিখিবা মীশক অমসুনি।

অসুম্না মণিপুরগী ইতিহাস, শিক্ষা অমসুং সাহিত্যগী লমদা অচৌবা থৌদাং কয়া মায় পাক্লা শরুক য়াবিবম্মা ওজা অসিগী পুন্সিদি, মণিপুরগী লময়ানবা লাইব্রেরীযান ওইনা মমিং চৎখি। মরম অদুনা শ্রী আনন্দমোহন্না মণিপুরদা লাইব্রেরীগী মতাংদা লৌরিবম্মা থৌদাং খরা মখাদা পঙ্গে।

হিবম অমগী মতাংদা ফজনা তাকপী তন্বীবা ঙম্বা মীবু ওজা কৌনৈ। শ্রীময়েংবম আনন্দমোহনদি মণিপুরদা লৈবম্বা অমসুং লৈরিবা অহল ওইশিল্লিক্লবা লাইব্রেরীয়ানশিংগী গুরুনি হায়বা য়াই। মহাক্না মতম পুম্নমক্তা লাইব্রেরীয়ানশিংবু পূক্লিং থৌগৎপিবম্মী অমসুং মণিপুরদা সরকারনা লিংবা লাইব্রেরীগী মতাংদা অসুম্না পনবিরম্মী -

মণিপুরনা ইণ্ডিয়ান ইউনিয়ন্দা ইং কুমজা ১৯৪৯ দা তিনশিনখিবা মতুংদা ভারত সরকারগী শিক্ষা বিভাগনা মণিপুরগী শিক্ষা বিভাগতা শিক্ষাগী চাওখৎ থৌরাংগী মরীদা লম্বী কয়ামরুম ফাক্তোক্লকই। অদুগী মনুংদা লাইব্রেরি অমা মওং তানা থম্বা হায়বসি অমনি। লাইবক ফবদগী শোক ১৯৫৫-৫৬ তা শ্রী এস.দি. বাহুগুনা কৌবা শিক্ষা বিভাগতা মতম কুইনা থবক অসিদা মমুৎ তানা খঙলবা নিপা অমা ভারত সরকারনা মণিপুরগী ইডুকেসন ডাইরেক্তর ওইনা থাবিরকখি। হেক থবক পাযবদগী থিম্ভবা তৌদনা মণিপুরগী ইন্সপেক্টরশিংগা লোয়ননা রাজ্যশিগী শিক্ষাগী অবস্থা পুম্নমক য়েংশিল্লবা মতুংদা শিক্ষাগী মতাংদা য়াম্না চাওবা থৌদাং লৌগদবা লাইব্রেরি অমা লিংখৎনবা থবকশিং পাযখৎলকখি। শোক ১৯৫৮ দা ঐহাকপু দিষ্ট্রিক্ট লাইব্রেরীগী লাইব্রেরীয়ান ওইনা অমসুং লৈখিদ্রবা শ্রীঅকোইজম বিবচান্দ সিংহ, জিঃ পিঃ রুমেন্স কলেজগী লাইব্রেরীযান ওইরিবম্বনা চীলদ্রেন লাইব্রেরীগী লাইব্রেরীযান ওইনা খনবিখি। চহি অসিগী সেপ্তেম্বর তাং ১৬ তা ঐহাক্না দিষ্ট্রিক্ট লাইব্রেরী অদুগী ইহান হানবা লাইব্রেরিযান ওইনা থবক পাযজখি।

মতম অদুদা লাইব্রেরীগী শঙলেন লৈতবদগী মফম অমদগী অমদা হোংদোক হোংজিন য়াম্না তৌরবগী মতুংদা মমৈথংদা হান্না মৈ চাকখিবা ষ্টেট সেন্ট্রেল লাইব্রেরী অদুদা ওইখি। মতাং অসিদা ওজানা অসুম্না পনবিরম্মী- মতম অদুদা মণিপুরগী চীফ কম্মিস্নর অসি মিষ্টর জে.এম. রাইনানা ওইখি। চীফ কম্মিস্নরগী তালোয় ভিমলা রায়নাসু লাইরিক য়াম্না পাবা ওইবদগী মতম অয়াম্বদা লাইব্রেরীদা লাক্তুনা লাইরিক যাম্না পাখি লোইননা অফবা ফোরেনগী লাইরিক কয়ামকুমসু লৈহল্লম্মী। মথৌ মশক খঙনা তৌই হাযদুনা চীফ কম্মিস্নরনা লাইব্রেরিয়ান্দা **কম্মেনদেসন সর্তিফিকেট ফোর দিস্তিঙ্গুইস সরভিসেস ইন দ ফিল্ড ওফ ইডুকেসন** হায়বা শকখঙচে অমা শোক ১৯৬২ গী তাং ১৫ গী আগষ্ট সেলেব্রেসন্দা পীবিখি। লাইব্রেরীযান অমগী ফিদম্লিংঙাই ওইরবা থবকশিং

মায় পাক্লা পাঙথোকপিরম্লবা মতুংদা শোক ১৯৭২ গী মার্চ তাং ১৫ দা থবক্তগী পোথাখি।

শ্রী ঁআনন্দমোহন্না মহাক্কী ষ্টেট লাইব্রেরি চাওখৎনবা হোৎনবতা নত্তনা মণিপুর লাইব্রেরী এসোসিয়েসন অমা শোক ১৯৭৫ অদুৰাইদা লিংখৎপদসু য়াম্না থৰাই যাওনা হোৎনরম্মী হায়। মসিমক্লা মহাক্লা শোক ১৯৮৭ কী মে তাং ২৭ তা ইনৌ নৌনা অমুক মণিপুর লাইব্রেবী এসোসিয়েসন শেমগৎপদা পূক্লিং হকচাং য়াওনা মশামক্লা চিয়াবমেন ওইবিদুনা শৌগৎপিখি। মহাক্লা মণিপুর লাইব্রেরী এসোসিয়েসন্না থা ৩। ৩ খুদিংগী ওইনা শোক ১৯৮৮ গী জুনদগী ফোঙবা হৌখিবা **লাইব্রেরীগী ঈহৌ** কৌবা জর্নেল অদুদসু মখাগী ৰারেংশিং অসি ফোঙবিরম্মী-

১। লাইরিক

২। ষ্টেট সেন্ত্রেল লাইব্রেরীগী হিষ্টরি লোয়ন-লোযননা লাইব্রেরীবু মরম চানা শিজিন্নবা

৩। মণিপুবদা লাইব্রেরীগী ঈহৌ

মসিগীসু মথক্তা লাইব্রেরীগী ঈহৌগী এডিটর ওইজবা ডা: খোমদোন্দসু ওজাগী বাইওগ্রাফি অমা ফোঙজনবগী অযাবা পীবিদুনা ১৯৯২ গী সেপ্টেম্বর থাদা পুথোকচবা লাইব্রেরিগী ঈহৌদা ফোঙজখি।

অসুন্না সমাজগী য়াইফনবতা খনবদা অৰাবা খঙখিদ্রবা লাইব্রেবীগী লময়ানবা শ্রীময়েংবম ঁআনন্দমোহন সিংহ তাইবঙ শিন্থা লোইদুনা শোক ২০০৫ গী আগষ্ট তাং ১৬ তা সংসারদগী বিদায লৌখি। ওজানা মঙবিবম্বা লাইব্রেরীগী মঙলান অদু মপুং ফাহনবদা ঙমজবা থৌদাং লৌজগে হায়না ওজাগী আত্মাদা কোক নোঞ্জরি।

MA

# মণিপুরগী শিক্ষা অমসুং লাইব্রেরীগী ঈহৌদা য়ুম্বীরেল ওইখিবা শ্রীময়েংবম আনন্দমোহন সিংহ

**ডাক্তর এম. কীর্ত্তি সিংহ, পদ্মশ্রী**

এফ. আর. এ. এস., এফ. এ. এস. গবেষনাভুষন

লৈখিদ্রবা ময়েংবম আনন্দমোহন সিংহ হৌখিবা মীরোন খরদা মশক নাইবা থবক পাংথোকপা মীশকনি। নহারোন হৌগৎলক্লিবা অইবা অমসুং লাইব্রেরী সাইন্সতা বিসার্সনচিংবা কাঙলুপ্তা চনদে। মশানা ইদুনা ফোংলম্বা লাইরিকশিং, ওফিস পুরম্বা অদু পুম্বা পুথোক্লবি। ঐ ইশামক কোলেজ ছাত্র ওইরিঙৈদগী মহাক্কা লাইব্রেরী শেমগৎলকপা থেংনবকই। চহী ২ খবা হেনবদি গৌহাটি বিশ্ববিদ্যাযদা (খৃঃ ১৯৬১-৬৩ হৌগৎপা) লাইরিক তমথরুবদগী দিষ্ট্রিক্ট লাইব্রেরী চংখিদবা মতাং ওইখি। ছুটি থোকলকপদদি ইতৎ তত্তনা লাইবিক যেংবা অমসুং খবব পাবা চৎলি। মণিপুবগী সেক্রেটবিয়েত রেকোর্দ থম্ফম অমসুং অনৌবা সবকাবনা লিংখৎপা অসি নত্তনা চংলুবগী খুদোং চাবা ফংদে। ডি.এম. কোলেজ লিংখৎপা কুইদ্রিবনা লাইরিক মরাং কাইনা ফংদ্রি। অরিবা স্কুল জোনস্তোন দা লাইবিক খরদি থমলে। ওজা অমবু লাইব্রেবীয়ান চার্জপুহল্লগা থমই। অপাম্বা লাইবিক লৌবসু য়াখিদে। পুবিবা ওজাদুনা লাইরিক্কা ছাত্রশিংগা চানৈ চানদে কুপ্না য়েংই। হায়স্কুল খরা লিংখৎনবকপসি লন্নাইগী পৈশা হুন্দুনা চলাইবনি।

পোষ্ট গ্রেজুয়েত লোইরগা থোকলকপদা লাইব্রেরী চংবগী হৈনবী অদু অমুক হৌগৎলি। আনন্দমোহনগী মখাদা শিবদাস, নবকিশ্বব অমসুং অঙাংশিংগী ওইনা বীরচান্দ হাপ্পুনা মওং তানা খরা শেমগৎলি। ইডুকেসন ডিপার্টমেন্টকী ডাইবেক্তোরেতনা চলাইবনি। সরকারগী থবক তৌবা মীদমক লাইরিক লৌবা য়াহনলি। অদুবু ঐগীদমক্তি শিবদাসনা মাগী মমিংদা লাইরিক লৌবি। অসি য়ৌনা কলচর পাম্বা মীনা পোৎ মৎকনি থাজদে হায়। মমৈদা ডি.এম কোলেজদা

গেজেটেদ ওফিসার ওইনা চংবদগী খুদোংচাবা পুন্না ফংলে। ইশামক্তা অতাংবা লাইবিক কয়া চেৎনা থম্বদু লৌথোক্তুনা যেংলে। মসিদগীদি লাইব্রেরীয়ান ওজা আনন্দমোহনসি নুংতিগী উনরে। লন্নাই ফমদুনা ৱারী শানবদি পংতৌ তৌদে। ঐনা ক্লাসতা লেকচর তৌবদা মরুওইবা খরা হাপখিবদু প্রিনসিপাল এল তোমচানা ফোনদা হেক হেক পাউ হন্দোকই। লৈখিদ্রবা ওজা নীলকান্তনসু ঐনা তৌবা পুন্না ৱারী শাই। ঐগী লৈফমদি কোলেজ লাইব্রেরী, নুংথিলদা দিষ্ট্রিক্ট লাইব্রেরীদা ওইরে। গৌহাটি হায়কোর্টকী জর্জ ডি পাথক অমসং বাহরুল ইসলাম এক্স এমপীনা মণিপুরদা কেসকি লাকপদা ঐগা উনখি। বাবিস্তর ডিপার্টক ঐবু লো তন্দীরকপা ওজানি। ঐবু উননিংই, কদাইদা উনগদগে হংবদা লাইব্রেরীদা শোইদনা লাক্কনি হায়বদগী ঐগা উনদুনা ৱারী ৱাতাই কয়া শানখি। মশক থোকপা সরকারগী মীওই কয়ামুকসু লাইব্রেরীদা উন্নবগী খুদোংচাবা লৌখি।

মতম অসিদা লাইব্রেরীয়ান ওইরিবা ওজা আনন্দমোহন অসি লাইবিক লেংবা, কোনুংদা শ্রী বোধচন্দ্র মহারাজগী এ দি সি ওইবা চহি লৈশিল্লবনি হায়বদি খঙলমদে। ফৈজোম শেৎপা, চন্দন থিনবা, বেঙ্গলী, সংস্কৃত অমসুং ইংবেজী খঙবা মীওইনা ঐনা খনখি। নোংমা লৈখিদ্রবা লাইব্রেরীয়ান বীরচান্দনা মহাকসি কোনুংলোমদগী হৌবকই হায়না পনখি। মমৈদা পান মণিপুরদা Resistance খবব ফোংবদা মহাক্তা কোনুংগী থবক পুরম্বদু খঙলকপনি। মহাক্কী শিলংদা মণিপুর ভাবত্তা তিনবগী মতাং অদু মমৈথংদা অমুক্তি ৱারী শান্নহৌই।

মণিপুর লাইব্রেরী এসোসিয়সন্না অকনবা শাফুগা লোইননা থবক কয়া পাযখৎপদা ঐঙোন্দসু শরুক য়াহনবি। সেমিনাবগী চে নৈনবদগী লাইরিক ১০ ইরম্মী হায়বা খঙলে। মসি থিবা ফংদবা অমসুং মমাংঙৈগী ওইবনা ঐখোইনা পাবগী খুদোংচাবা লৈত্রে। ঋতু চেফোং, অতোম্বাপু শর্ম্মাগী চহি ১০০ শুরকপগী, মহাক্তা সংস্কৃত লোন নৈনবকপা অমসুং ইংরেজীদা ফোঙবা অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ অসিদনি। ইথোকপদা কালিতি লৈবা থায়নগী গ্রেজুয়েত অমনা কয়ামুক ফজনা ইরম্না খঙই।

ক্রিয়েটিভ রাইটর অমনি, ড্রামা, ৱাবেং শৈরেং, ইতিহাসকী মতাং খুৎ থারম্মী। অরি অনৌ লংদাই ওইবা কাঙলুপতা য়াওবা অইবা অমনি। কোনুংদগী থবক তোক্লগা স্কুলগী ওজা ওইনা মতম খরা লেনখি। মণিপুরী সাহিত্যদা মফম

কনলম্মী। নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, কলচরলে ফোরমগী প্রেসিদেন্ট ওইখি। মণিপুর ষ্টেট কালা একাদেমীনা ফেল্লো পীদুনা ইকাই খুম্নখি। মণিপুর সাহিত্য পরিষদনা সাহিত্য বুষন উপাদি পীখি। J.N. University Centre দা মৈতৈলোন হাংদোকপদা মহাক্না Asst. Professor ওইনা মতম খরা পুখি। মশানা বঙ্গালী নৈনবকপনিনা বৈষ্ণব সাহিত্য, রবিন্দ্রাথ অমসুং শ্রীঅরবিন্দগী দর্শন কুপ্না খঙবা ঙমই। মহাত্মা গান্ধীগী চহি ১০০ শুবগী মপোক কুমওন তাবা, রবীন্দ্রনাথকী চহি ১০০ শুবগী কুমওনদসু, শ্রী অরবিন্দ্র অমসুং শ্রীমাগী ১০০ শুবগী পালন তৌবদা ষ্টেটকি থাক্তা অকনবা কমিতি কয়াদা য়াউবা ওইখি অমসুং এসাইনমেন্ত কযা পাংথোকখি। ছাত্র ওইবিঙৈদা কেপ্তেন ওইনা, ইদিটর ওইনা হৌরকই। গান্ধীগী চহি ১০০ শুবগী চেফোংদা মহাক্না ইদিটরগী কোকথোং পুখি। ভাবতকি দর্শনিক ৩ / ৪ গী লাইরিকশিং হন্দোক্কুনা মৈতৈলোন্দা পুথোকলম্মসি অচৌবা খোঙথাংনি। টেগোর, গান্ধী অমসুং অবিন্দগী রাখল কযামুক শাফু পীরম্বগে হায়বদুদি ফংলিবা লাইরিক খরসি পারগা ইশাগী হায়নিংবা খরা ফোংদোক্কবা মতম ঙাইজবি।

T.S. Paul Women's College গী President ওইবা মণিপুর সংস্কৃত পরিষদকা নক্কবা, মাবু ইকাইখুম্নখিবা, ক্লবনচিংবনা অহল সিত্তিজন ওইনা ইকাই খুম্নখিবা অসি মাগী থোইদোক হেন্দোকপা থবকশিংদা ইকাইখুম্নবনি।

## লাইব্রেরিগী ঈহৌদা য়ুম্বীরেন ঃ

ওজা আনন্দমোহনগী থবক অমসুং হিংলিঙৈদা তৌবম্বশিং অসি ষ্টেট সেন্ট্রেল লাইব্রেরিগী লাইব্রেরিযান (মথংদা সেনিয়র / চিফ) ওইখিবসি পন্দ্রবদি মপুং ফাদে। লাইরিক থম্বগী থবকসি পুয়া শুবা মাইচৌ / মাইনৌ কয়াসু মমাংঙৈদা লৈরকই। বৃটিশনা মণিপুরগী লৈঙাক পায়শিনবা মতমদা Johnstone School দা লৈবা লাইরিক লাইশু অমসুং সবকারগী চে চাং পুম্বা থমখি। মদুগী লাইব্রেরিয়ানদি খ্বাইনা ইকাই খুম্নবা মযামগী ওজা ওইনাম গোকুলাচন্দনা ওই। মশামকসু লাইরিক ৪ / ৫ মৈতৈলোন্দা ইরমই। বাংলা অঙকপদা হৈবা মীশকনি। অসামদা পোক্লগা মণিপুরদা লেনখিবা মীনি। এল. পি.গী ওজা ওইনা হৌরকই। মমৈদা ফমথোন কাহন্দুনা জোনস্তোন স্কুলগী লাইব্রেরিয়ান ওইনা থমখিবিন। মণিপুরগী কালাচান্দ শাস্ত্রী, এ. মীনকেতন নচিংবা মাগী সেবকশিংনি।

খ্বায়না ড্রামা ইবা ওইনা শকখঙনরবা গীতচন্দ্র তোংব্রা বি. এ থাদ্রিঙৈদা সি সি হায়র স্কুলগী লাইব্রেরীয়ান ওইনা থবক চংই। লোন অরিবদা খ্বাইনা খঙনরবা এন খেলচন্দ্র সিংহ, পণ্ডিত লোইশঙগী কেরানী, সেক্রেটরিয়েতগী লাইব্রেরীয়ান / রেকোর্দ কীপর ওইনা হৌরকই। মণিপুবদা অহানবা ওইনা লাইব্রেরীয়ান ট্রেনিং পাস তৌখিবদি লৈখিদ্রবা রিয়াজউদ্দিন চৌধুরীনি। মথংদা ওজা আনন্দমোহন অমসুং সরাংথেম মঙ্গীনচিংবা ত্রেনিং থাদুনা কোর্স লোইশিনহনখি। লাইব্রেরী অসি ফীবম তানা, মপানগী মীনা য়েংবদা পেলহন্নবা নিয়ম শেম্নীবা আনন্দমোহন সিংহনি। কেটলোগ শেম্না, নম্বর চনশিনবা অমসুং কা খায়দোক্নুনা কাউন্টর কয়া থম্না, লাইরিকশিং শুমনা চাদনবা কাঙ লাক্তনবা কয়া পুথোকপসি মাগী হুকুমননি।

ওফিসকী চিঠি চৎনবা, নোটিশ তৌবা অমসুং তৌরিবা থবক্তা পৃক্লিং চংবা থেংনৈ। সবজেক্ট শুনা মমল য়াম্না তাবা লাইরিক লৈবগী নিয়ম অসি মতমসিদা ফংদ্রি। সরকাবগী থাদবা শেল য়ামদ্রবসু মপাননা য়েংনিংবা পোত্তি মরাং কাইনা থমই। গেজেট কোপী অমসুং খোংজোম লানগী অথুপ্পা চে-চাং ফজনা লীশিনলি। মদু থিবা লাকপা অচৌবা ওফিসাব কয়া লাকখি। ঐখোযনা থেসিস নম্বা অমসুং ইউনিভর্সিটিদা থাগৎপা লাইব্রেরী অসি হেক হেক পনলি। ওজা আনন্দমোহননা লুচিংদুনা মালা শেমখি। লাইব্রেরীগী মপা বঙ্গনাথনগী মপোক নুমিৎ পালন তৌবা হৌদোকখি। মহাক্না কলকতাগী নেসনেল লাইব্রেরীদা ডিপ্লোমা কোর্স ত্রেনিং তৌবা, খঙলকপা কয়ামুক ইম্ফালদদি হৌদোকই। হৌজিক্তি মমন অহোংবদা ফংলম্না লাইরিক কয়ামুক মৈ থাদোকপদা যাউখিবদগী অমুক হঞ্জিনবা ঙমলবোই। মমনসু অঙকপদা ব্রাংখৎখরে। মৈ থাদুনা লাইরিকশিং মাংহনবসি কোক্রিমখৈ লমদমসিদা চাওখৎপা ঙমলোই। খোংজোম লাল অমসুং বৃটিশনা মণিপুর মায়থিবা পীখিবা অমসুং মণিপুরনা ভারত্তা তিনবগী লাইবিক বেঙ্গলীদা ইবশিং অমুক ফংলরোই।

লাইব্রেরীদা ত্রেনিং চৎলুবা, ইউনিভসিতিদা সবজেক্ট ওইনা হাংদোকপা, কমপুতরগী মওং শীজিন্নরকপসি অওনবা খবদি লৈরে। এক্ট শেমদুনা চৎনহন্নবা পাংথোকপা, তোঙানবা ডাইরেকতোরেত অমা হাংদোকপদি ঙমদ্রি। জিলা অয়াম্বদা লাইব্রেরীশিং হাংদোকপা, আর্ট অমসুং কলচর ডিপার্টমেন্টকি মখাদা চিফ লাইব্রেরীয়ান অমসুং মাগী ষ্টাপ থম্বসি হোংদোকত্রি। তলবসু ষ্টেটকী স্কেলদা

MA

মমিং ওইনবা পীরি। মণিপুরী বিশ্ববিদ্যালয় অমসুং কোলেজ ময়ামদদি ইউঃ জিঃ সিঃ স্কেল পীদুনা ওজাশিংগী মান্ননা গ্রেদ খাইবা ফংলক্লে। তলব চাউরে।

হৌগৎলকপা মতমদা য়ুম্বীরেন ওইদুনা মওং তানবা শিনবসি মহাক্কী মুৎলরোইদবা থৌদাংনি। মহাক্কী মতমদদি ইড়ুকেসনগা কেদর পুনলমলি। লাইব্রেরী ত্রেনিং তৌদ্রবসু গ্রেজুয়েত ওইনা দিষ্ট্রিক্ট লাইব্রেরীদা চহি খরা থবক তৌরম্লবদি কোলেজশিংদা চংহল্লম্মী। হৌজিক্তি আর্ট এন্দ কলচরদা তিনলে। মশা হিংলিঙৈদা মীলালনা ময়েক্কী ৱাহৌগীদমক লাইব্রেরী তুম্না মৈ থাদোকখিবা, হান্ননা ওইরম্বা গোভর্নরগী কম্পাউন্দ মনিংদা ওফিস পুরম্বদু কৈশামপাৎ থোংখোং মনাক্তা অনৌবা কমপ্লেক্সতা হোংবদু ওজা আনন্দমোহন মশামক উখি। মশানা শেমগৎচবম্বা কয়া ৱাখল থেনবা কাংবুনা মাংহনবসি মঙোন্দদি খাংবা ঙমদবা ওইখি। মালানা পায়খৎলকপা পুম্নমকশিং থেংনখ্রবা অমসুং বিজ্ঞানগী টেক্নিক অসি হিংলিঙৈদা উজরম্লবদি মশাদা কয়া নুংঙাইজরমগদবনো, খ্বাইগী ওইনা নুঙাইতবা ফাউনরে।

**থবক্কুগী পোত্থারবা মতম ঃ**

লাইব্রেরীদা শীংথানবা মীশক ওইরবসু মহাক ইড়ুকেসন অমসুং কলচরদা লুপচবা মীনি। অফবা ইমুংদগী হৌবকপা, গৌহাতি, শীলেতনচিংবদা লাইরিক তম্লকপা লোন মবিবোম খঙবা, ময়াম্বগী মখাদা হৌবকপা, শাসন পুরম্বা সনা কোনুংগী অকুপ্পা থবক পুরকপা অমসুং মহারাজ বোধচন্দ্রগী থৌগল তৌদুনা মফম কয়া চৎলকপা মীশকনি। য়ুম্বানবগী মতাংদসু থোইদোক্লা অৱাবা থেংনখিদে। মহারাজকুমারী বিনোদিনিনা অঙাং ওইরিঙৈদগী কোনুংদা লৈদুনা মখোয়বু শেনবিবা বাবা আনন্দমোহন কৌই।

ওজা নীলকান্তনা অহানবা ওইনা ষ্টেত কালা একাদেমীগী ফাউন্দর সেক্রেটরি ওইনা হৌগৎলকপদা ওফিস অসি ডান্স কোলেজগী কা খরদা ওই। ভারত অমসুং মপানগী মশক নাইবা নুপা, নুপী কয়া বার্ত্তন তৌদুনা রিসেপসনপী অমসুং লেকচর তৌহনলি। অতাবা ঐখোয়না ৱাহং কয়া হংই, মত কয়া ফোংদোকনৈ। ঐখোয়না মপান লমদা চৎলুদ্রবসু কান্নবা ৱারোল কয়াদি ফংহৌই। মদুদা চাং নাইনা তাবা অমসুং অরবিন্দ সোসাইটিগী নুমিৎ খরা পালন তৌবদা লেকচর তৌবিবদা ওজা আনন্দমোহন তোইনা উনখি। চাবা থকপা লোইরগা

গ্রুপ ফোটো নমখি। একাদেমীনা Who's who অমা ফোংনবা বাইওদাতা খরা খোমগৎলবসু থবক্তা ওন্থোকপদি ওইখিদরে। মদুগী থবক্তু মঙোন্দা শীন্নবনি। নীলকান্তগী সেক্রেটরী টার্ম লোইখিদুনা তুংদা পুহৌবা কাংবুনা থবক তৌকখিবননি।

## ৱারোই তাবা ঃ

ওজাসিগা লন্নাই ৱারী তৌনবা অমসুং মহাক্কী শিলোং ১৯৪৯ পাবদা মীনা পংঙাঙ ঙাংনবা, পঙনা থাজবা য়াদে হায়বা খঙই। খোংজোম লানগী মৈতৈ অথৌবাশিং মগুণ শৈশকপদা নুঙাইনবা হাপচিনবা, শিলংদা মহারাজনা হোইমাই হাযদনা উতুপ তাখিবা থৌদৌ মশামক্না থেংনরকই। ৱারী নুঙাইনবা পংথা থাজবা য়াদে হায়বা মঙোন্দগী খঙহৌই।

শ্রীবোধচন্দ্র মহাবাজগী হকচাংগী ফীবমসি অশোইবা লৈবা, নুপী ময়াম কোইবগা মচা ময়াম পোক্লস্থবসিসু চুমদবা চেকশিন্দবনি হাইখি। মিতিং তামিন্নবদা ৱা মরী লৈনদনা মতম লৌনা ঙাংবা অদু মশানা চেলেঞ্জ তৌই। থবক তৌমিন্নবা মীওই খরগী পুকচেল পীকপা কয়াসু পুথোক্তুনা ৱাবী ঐখোইদা তৌই।

মহাবাজগী উকিলনা চিঠি ড্রাফট তৌবদা গ্রামার লানবা য়াউবদু প্রাইভেট সেক্রেটরি গৌবহবিগা নোকমিন্নবা তন্নসি। মণিপুরী অহানবা বি. এস. সি. ওজা হৈক্রুজম নবকান্ত সিংহনা চেকশিনহৌদবদগী মহারাজগী মমল য়াম্লবা ফিজেৎ লৈতেং মাংহনবগী থবক থদৎপদু মাগী শিলোং ১৯৪৯ দা শেংনা পল্লি। মতম অসিৱাইগী কাংলোন অমসুং মৈতৈগী চৎনবী কয়া নীংথিনা ইন্টরপ্রিট তৌবা অতাংবা মশকনি।

MA

# ময়েংবম আনন্দমোহন ঃ মাগী সাহিত্যগী মশক

**ডা. শরতচন্দ্র লোঙ-জোম্ব**

ডি.এম. কলেজ (আর্টস), ইম্ফাল

মণিপুরী সাহিত্যগী মোর্দন পেবিওদগী য়াকাইরোল শকখিবা অহানবা তাঙ্কক্কী কবিশিং (ট্রেদিসনেল রোমান্টিক পোইটশিং) পুখ্রম্বম পরিজাৎ (১৮৭৮-১৯৪২), চিংঙাখম মযুরধ্বজ (১৮৮৮-১৯৪৩), হিজম অঙাংহল (১৮৯২-১৯৪৩), খ্বাইরাকপম চাউবা (১৮৯৬-১৯৫০), হিজম ইরাবত (১৮৯৬-১৯৫১), হরাইবম নবদ্বীপচন্দ্র (১৮৯৭-১৯৪৬), ডা. কমল (১৯০০-১৯৩৪), অশাংবম মীনকেতন (১৯০৬-১৯৯৫), অবাম্বম দবেন্দ্রজিৎ (১৯০৭-১৯৪৪) অমদি শ্রীযুৎ বোধচন্দ্র (১৯০৮-১৯৫৫) নচিংবগী মতুংদা অবি-অনৌ লংদাইদা লেপ্লম্লা রা.কু. শীতলজিৎ (১৯১৩-২০০৮), লাইশ্রম যোগেশ্বব (১৯১১-২০০০), অবিবম গোকুল শাস্ত্রী (১৯১৫-২০০২), অয়েকপম শ্যামসুন্দব (১৯১৩-১৯৯২), গুরু অরিবম সুরচান্দ শর্ম্মা (১৯১৫-১৯৯৮) নচিংবগা থৌবু-নাওমু সাহিত্যগী থৌগল তৌরম্বা কবি ময়েংবম আনন্দমোহননি। মণিপুরী সাহিত্যদা স্বার্থ ত্যাগ অমগা লোয়নননা সাহিত্যগী বিধা খরদা খোর্জে পায়রম্বা অইবনি। মহাক ইং ১৯১১, এপ্রিল ৩০, থাংজগী নোংয়াই মতুং পুংখাই চৎপা মতমদা কৈশামথোঙ এলাংবম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকখি।

মহৈ তম্বগী চহিনা মার্চ ১৬, ১৯১৪নি। ইং ১৯৩৩ দা কলকতা য়ুনিভর্সিটিনা মণিপুবদা অহানবা সেন্টর পীবা হৌখি। পবীক্ষা পাঙথোকফম্না ইম্ফালগী সেন্ট্রেল জেলগী হোল মনুংদা এপ্রিল ১৯৩৪ দনি। লাইশ্রম যোগেশ্বর, লাইশ্রম নিত্যাইনচিংবসু মেত্রিক পরীক্ষা ইং ১৯৩৪দা থাখি। ইং ১৯৩৪, জুলাই থাদা পরীক্ষা হায়দোকখি। আনন্দমোহনসু পরীক্ষা অসি জোনষ্টোন হায় ইংলিস স্কুল (মতমদুগী হেদ মাষ্টর, যামিনী সুন্দর গুহ: হেদ মষ্টব ওইবা মতম ঃ ১৯২৩-১৯৩৮) দগী কলকতা য়ুনিভর্সিটি (১৮৫৭) গী মখাদা ফার্ষ্ট দিভিজন্দা

পাস তৌখি। মখাদি মতমদুগী আসামগী জিলা অমা ওইরম্বা হৌজিক্কা বাংলাদেশ (১৯৭১) গী জিলা অমা ওইহিবা সিলেটতা চৎলগা মুরারীচান্দ কলেজ (১৮৯২) দা লোজিক, মেথমেটিক্স অমদি সংস্কৃত বিষয়শিংসি লৌদুনা আই এ তম্মী। ইং ১৯৩৫ দা কলকতা য়ুনিভর্সিটিগী মখা ফার্ষ্ট দিভিজনদা পাস তৌখি। ফিলোজোফি অমসুং সংস্কৃত বিষয়শিং অসি লৌদুনা গৌহাটিগী কটন কলেজ (১৯০১) দা বি এ তম্মি। ইং ১৯৩৮ গী বিএ পরীক্ষা থাবদা মাই পাকখিদে। ইম্ফালদা লাক্লবা প্রাইভেট কেনদিদেট ওইনা ধনমঞ্জুরী কলেজ (১৯৪৬) দগী ইং ১৯৫৫ দা গৌহাটি য়ুনিভর্সিটি (১৯৪৮) গী মখাদা পরীক্ষা থাবদা মাই পাক্লুনা আর্টস গ্রেজুয়েট অমা ওইখি। মাগী মতমগী মাই পাকখিবা (পরীক্ষাদা) প্রাইভেট কেন্দিদেটশিংদুদি-ৱাংখৈ মৈহৌবম লম্পাক্তগী ফানজৌবম গৌরহরি (১৯২১-১৯৯৮), কৈশামপাৎ ৱাহেংবম লৈকাইদগী কুমারী তখেল্লম্বম থোইবী দেবী (১৯২০-১৯৯৬), ক্বাকৈথেল থোকচোম লৈকাইদগী খাইদেম প্রমোদিনী (১৯২৪-২০০৬) নচিংবনি।

মণিপুব শিক্ষা বিভাগকী অহানবা দাইবেক্তর এস দি বহুগুন (দাইবেক্তব ওইরম্বা মতম ঃ ১৯৫৮/৫৯) না এদুকেসন সেক্রেটবী ওইরবা মতুংদা আনন্দমোহনবু দিপুটিসন্দা চহি অমগী ওইনা ইং ১৯৬১/৬২ দা **নেসনেল লাইব্রেরী**, কলকতাদা দিপ্লোমা ইন লাইব্রেবী সাইন্স তম্না থাখি। ইং ১৯৬২ দা লাইব্রেরী সাইন্স পাস তৌদুনা ইম্ফালদা লাকখি। শিনফমদি ইং ১৯৫১ দগী ১৯৫৮ ফাওবা রাম লাল পাল হায়স্কুল (১৯৩৩ঃ নিংথৌজম নবকান্ত সিংহঃ ১৯১১-১৯৮৪; মতুংদা মতমদুগী হেদ মাষ্টব বা.কু. শীতলজিৎ) দা ওঝা ওইরম্লগা ইং ১৯৫৮ সেপ্টেম্বর ১৬ তা অহানবা ওইনা লিংখৎপা, **দিষ্ট্রিক্ট লাইব্রেরী**গী অহানবা লাইব্রেরিয়ান ওইনা থৌ পুবা হৌখি। মণিপুর সবকারগী কর্ম্মচারী ওইবা হৌখি। লাইব্রেরী অসিনা আগষ্ট ২৬, ১৯৭০ দা **ষ্টেট সেন্ট্রেল লাইব্রেরী** ওইনা অপ-গ্রেদ তৌরকপগা লোয়ননা সেনিয়াব লাইব্রেরিয়ান ওইনা প্রমোসন ফংখি। মার্চ ১৫, ১৯৭২ দা থবক্তগী পোথাখি। মতুংদা ইং ১৯৭২দগী ১৯৭৫ ফাওবা, জৱাহরলাল নেহরু য়ুনিভর্সিটি, পোষ্ট গ্রেজুয়েট ষ্টদিজ সেন্টর, ইম্ফাল (১৯৭১) দা মণিপুরী লেঙ্গুইজ এণ্ড লিটরেচব দিভিজন (মতমদুগী হেদ ঃ অশাংবম মীনকেতন) দা ওঝা ওইনা লৈরম্মী।

## মাইপুনরকপা সাহিত্য অমদি কলা-সংস্কৃতিগী ওর্গনাইজেসনশিং ঃ

ময়েংবম আনন্দমোহননা অচৌবা থৌদাং লৌদুনা মাইপুনরকখিবা সাহিত্য অমদি কলা-সংস্কৃতিগা মরী লৈনবা ওর্গনাইজেসন অনী লৈবি। ওর্গনাইজেসনশিং অসি সাহিত্য অকাদেমি, নিউ দিল্লি (১৯৫৪) না রিককনাইজ তৌরবা ঙাক্তনি। মখোয় অদুদি **দ কলচরেল ফোরম মণিপুর, ইম্ফাল** (নিংথৌকাবা, মে ১৭, ১৯৫৯, অহানবা প্রসিদেন্ট, নিংথৌখোংজম তোম্বী) অমদি **নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফাল** (নোংমাইজিং, জুলাই ১৭, ১৯৫৯, অহানবা প্রসিদেন্ট, কৈশাম কুঞ্জবিহারী) নচিংবা। ফোরমগী ১৯ শুবা প্রসিদেন্ট ওইনা ইং ১৯৮৫ দগী ১৯৮৭ ফাওবা জেনবেল সেক্রেটবিনা অরিবম কুমার শর্ম্মঅদুগা সমিতিগী ৯ শুবা প্রসিদেন্ট ওইনা ইং ১৯৭২ দগী ১৯৭৪ ফাওবা থৌ পুবমখি। জেনরেল সেক্রেটবিশিংদি ঃ ১) য়েংখোম জ্যোতিন্দ্র (১৯৭১-৭৩) অমসুং থোকচোম যোগেন্দ্র (১৯৭৩-৭৪) নচিংবনি।

ময়েংবম আনন্দমোহননা হিংলিঙৈ মতমদা মাবু মশক খঙবা ওইনা উপাধি পীখিবা, ইকায় খুম্নবা উত্তনা সন্মান তৌবিখিবা লোযশঙ (ওর্গনাইজেসন) খবদি **মণিপুর ষ্টেট কলা অকাদমি** (১৯৭১ ঃ অহানবা সেক্রেটরী ঃ এলাংবম নীলকান্ত) না ইং ১৯৮৯ দা **ফেল্লো** (মতমদুগী সেক্রেটবী ঃ লৈমপোকপম দমোদর ঃ ১৯২৯-২০১১) খনখি। অদুম ওইনমক সেপ্টেম্বর ৮, ১৯৯১ দা জে এন মণিপুর ডান্স একাদেমী (১৯৫৪)গী হোলদা পাঙথোকখিবা মণিপুব ষ্টেট কলা অকাদমিগী **অকাদমি এৱার্দ ঃ ১৯৮৯** পীবগী থৌরমদা **ফেল্লো ঃ ১৯৮৯** খনবগী শরুকসু যাওখি। মসিদা মীওই অহুমদা ফেল্লো খনখি। মখোয অদুদি -

১। শগোলশেম কালিদমন সিংহ (জগোই), খোয়াথোঙ, পোলেম লৈকাই, ইম্ফাল।

২। ময়েংবম আনন্দমোহন সিংহ (সাহিত্য), কৈশামথোঙ এলাংবম লৈকাই, ইম্ফাল।

৩। বাজকুমার চন্দ্রজিৎস্না সিংহ, (আর কে সি এস) (লাইয়েকপা), কৈশামথোঙ, রাম লাল পাল স্কুল মনাক, ইম্ফালনচিংবনি।

ময়েংবম আনন্দমোহন সিংহদা **ফেল্লো** খনবগী মতাংদা আকাদমিগী ব্রোচরদা অসুম্না ইরি ঃ

I present to you, Sir.

**Shri Mayengbam Anandamohan Singh**

Born in 1914 at Keishamthong Elangbam Leikai, Imphal. He participated in many conferences and seminars and associated with Manipur State Kala Akademi in Various Capacities. He has more than 6 (Six) books to his Credit.

For his eminence in the field of **Manipuri Literature and Culture** and his Contribution to its enrichment he has been elected **Fellow** for the Akademi.

**মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল** (১৯৩৫ ঃ অহানবা প্রসিদেন্ট, লাইবেনময়ুম ইবুংঙোহল)না **সাহিত্য ভুষন** (মতমদুগী প্রসিদেন্ট ঃ শীজগুরুময়ুম নীলবীর শাস্ত্রী ঃ ১৯২৭-২০০৫), **মণিপুর সংস্কৃত পরিষদ, ইম্ফাল** (আগষ্ট ৩১, ১৯৪৭ঃ, অহানবা অধ্যক্ষ ঃ হঞ্জবম গৌবর্হরি শর্ম্মা)না ইং ১৯৯৯ দা পীবা, **প্রশনতি পত্রম** (মতমদুগী অধ্যক্ষ ঃ হিদংময়ুম দ্বিজমনি দেব শর্ম্মা ঃ ১৯০২-২০০০) নচিংবা পনবা যাই। দ কলচবেল ফোরম মণিপুরনসু মসিগী ৪৭ শুবা ফাউন্দেসন দেগা মরী লৈননা অহানবা ওইনা পাঙথোকপা থৌখিবা **We Remember : 2005** (মতমদুগী প্রসিদেন্টঃ নাওরেম খগেন্দ্র (১৯৩৭) অমদি জেনবেল সেক্রেটরী, ডা. শরতচন্দ্র লোঙ-জোম্ব (১৯৬০) গী থৌবমদা অহল ওইববা লাইফ মেম্বরশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী লিববা মেম্বব অমনি ওয়না লৌদুনা লৈপাকপোকপা নুমিৎ, মে ১৭, ২০০৫ দা ফৈরোইজম পবিজাৎ, মতমদুগী মণিপুবগী মিনিষ্টব, আর্ট এণ্ড কলচরনা অথোইবা মীথুংলেন ওইদুনা ময়েংবম আনন্দমোহনদা অচম্বা খুদোলপোৎ তমদুনা সম্মান তৌখি। মসিনা সাহিত্যকার অসিগী অরোইবা তীর্থযাত্রা ওইগ্রে, সাহিত্যগী খোঙচৎসু অরোইবা ওইগ্রে। ইখং খংহৌদনা লৈপাকপোকপা নুমিৎ, আগষ্ট ১৬, ২০০৫ দা মশাগী যুমদা সমাধি ওইখি।

## কবি ময়েংবম আনন্দমোহন ঃ মাগী সাহিত্যগী মশক খরা

### কবি অমা ওইনা ময়েংবম আনন্দমোহন ঃ

মণিপুরী সাহিত্যদা মোর্দন পেরিওদকী শৈরেংগী কলাদা যাকাই শৈহৌবম্বা ট্রেদিসনেল রোমান্তিক কবিশিং-চিংঙাখম মযুরধ্বজ, হিজম অঙাংহল, খ্বাইরাকপম

MA

চাউবা, হিজম ইরাবত, ডা. কমল, অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ, অশাংবম মীনকেতন, শ্রীযুৎ বোধচন্দ্র অমদি হৱাইবম নবদ্বীপচন্দ্রচিংবগী মতমদা শৈরেং ইদুনা অহানবা ওইনা মণিপুরী থাগী চেফোঙ, **ললিত মঞ্জরী পত্রিকা** (১৯৩৩) দা ফোঙদুনা শক্তাকপা হৌখিবা কবি ময়েংবম আনন্দমোহননি। কবি অসিগী শৈরেংগী অহানবা উখিবা লাইরিক, **ৱারেং-শৈরেং অরিবা** (১৯৬৭) দা শৈরেং খবা ফোঙবসু যাওখ্রে। মসিদা যাওবিবা শৈরেং খরদি- **ললিত মঞ্জরী পত্রিকা** (আগষ্ট ১, ১৯৩৫) দা থেংনৈ। পনবা য়াবা শৈরেং খরদি- মণিপুর ইতিহাসকা মরী লৈনবা মতাংদনা - 'যাইস্কুল লাকপা', 'ৱাংখৈবাকপা' অমদি কল্পনাগা লোয়ননা পাউতাক য়াওবা শৈরেংদনা '(শিবা) পরীক্ষা' নচিংবনি। কবিনা লাইরিক ওইনা ফোঙলকপদা খবা শেমদোক শেমজিন তৌরগা মীংথোলদসু অহোংবা অমা পীরি। 'যাইস্কুললাকপা' হায়রসিদনা 'ববা চাউবা-যাইস্কুল লাকপগী লান' (লাঃ ৭২ /৮০), 'রাংখৈবাকপা' হায়রসিদনা 'ৱাংখৈবাকপগী লান' (লাঃ ৫৯ / ৭১) অমদি 'পরীক্ষা' হায়রসিদনা 'ছাত্র পুক্লিং লাকঙন্বী' (লাঃ ৫৭ / ৫৯) নচিংবা। পুন্নমকসিগী মথক্তা **ললিত মঞ্জরী পত্রিকা** (১ আগষ্ট, ১৯৩৫) দা হাপখ্রবা অতৈ শৈরেং খরদি - পুন্সিগী দর্শণদা মতমগী মমল অমদি শিবা চংবগী চক্রনুংদা লৈরিবা পুন্সি ঈহৈলেবু মশক তাকপদা 'নাবিঙৈ অমসুং ফবরদা' অমদি বাংলা শৈরেংদগী মণিপুরী লোনদা হন্দোক্লবা 'হৈনৌ পাম্বী অমসুং সনাগী উরী' (মাইকেল মধুসুদন দত্ত (১৮২৪-১৮৭৩) গী 'বসাল ও স্বর্নলতিকা' অমদি 'পুন্সিগী শৈরেং' (হেমচন্দ্র বনর্জি (১৮৩৮-১৯০৩) গী 'জীবন সঙ্গীত' নচিংবনি। লাইরিক্তা ফোঙখিবা শৈরেংদা কল্পনা অমদি পূক্লিং ঈহুলগা মরী লৈনবা রোমান্টিক শৈরেংদা 'নুজা অমদি পাখঙ' (লাঃ ৮১ / ৮৩), মণিপুরী সংস্কৃতীগা মরী লৈনবা শৈরেংদা 'হীয়াঙ হিরেল' (লাঃ ৫৫ / ৫৬) নচিংবা পনবা য়াই।

মসিগী মথক্তা তেলেম আবীর সিংহ (১৯১২-?) না সম্পাদন তৌবা লাইরিক, **সাহিত্য অনৌবা** (১৯৫২) দা 'লিক্লাই' (লাঃ ১৯ / ২০) হায়না মমিং থোনবা প্রকৃতিগী ফজবদা শৈথাবা শৈরেং অমসু ফোঙখি। শৈরেং পুন্নমক কবিনা মুরারিচান্দ কলেজ, সিলেট (১৮৯২) অমদি কতন কলেজ, গৌহাটি (১৯০১) দা আই. এ. অমদি বি. এ. তম্লিঙৈ মনুং ইং ১৯৩৪-৩৫ ফাওবদা

ইখিবা শৈবেং ঙাক্তনি। মবমসিনা মণিপুরী শৈরেংগী তাঙ্কক (পেরিওদ) অমা লেপ্পা মতমদা ট্রেদিসনেল রোমান্টিক কবিশিং অসিগী খোঙ্গুল লিবিবা কবি অমা ওইনা আনন্দমোহনগী মফম অমা থম্ফম থোকই।

## ব্রারেং ইবা অমা ওইনা ময়েংবম আনন্দমোহন ঃ

ময়েংবম আনন্দমোহনদি ইং ১৯৩৫ গী মমাঙদগী ৱারেং ইদুনা সাহিত্য অমদি কলা, সংস্কৃতিগী মণিপুরী চেফোঙ, **ললিত মঞ্জরী পত্রিকা** (১৯৩৩) দা ফোঙদুনা শক্তাকপা হৌখি। মসিনা তাকপদি মোর্দন পেরিওদকী ট্রেদিসনেল রাইটরশিংগী মতুং ইন্দুনা সাহিত্যদা য়াম্না ঙন্না খোঙ থাংজিনবা হৌরকখিবা অইবনি। অইবসিগী ৱারেং অনী 'নুংশি নুংঙোন অমসুং য়ুম্বানবা' অমদি 'মৈতৈগী লাইনিংপরৈ অমসুং কুম্মৈ' হায়বসি মথক্কি চেফোঙসিদা ফোঙখি। অহানবগী ৱারেংসি অইবগী **ৱারেং-শৈরেং অরিবা** (১৯৬৭) হায়বা লাইরিকসিদদি 'নৌনা য়ুম্বানবা' (লাঃ ১৯/২৪) হায়না মমিং থোল্লি। ৱাবেং অসিদা মপুং ওইনা নৈনরিবসি হিন্দু শাস্ত্রগী মতুং ইন্না নিপা অমগী পুন্সি অসি ব্রহ্মচয্য, গাহস্থ্য, বানপ্রস্থ অমদি সন্ন্যাস হায়বা তাঙ্কক মরী অসি খাযদোক্নুনা তাঙ্ককশিং অসিগী মবমদা ইরি। মসিগা লোযননা নৌনা য়ুম্বাল লম্বীদা খোংদাবা অসিগী অমাংবা, ফত্তবসু খুদম পীদুনা শন্দোক্না তাকপীবম্মী। অবোয়বদা পাউতাক্কা লোয়ননা পাউজেল অমসু পীরি।

> 'ফত্তবা সঙ্গ তৌহন্দবা- ফত্তবা ৱাখল তৌহন্দবা,... নুংশি নুংঙোল পোকপা যাবা কুম্মৈ য়েংহন্দবা অসিনচিংবা মপা মমা ওইবশিংনা শিজিন্নগদবা হিদাকনি।' (ল.ম.প., লাঃ ৯৩২)

অনীশুবা ৱারেং অসিনা মৈতৈগী সংস্কৃতিগা মবী লৈনবা মতাংদা নৈনবনি। মসিদা ঝুলোন, কৃষ্ণ জন্ম, লাংবন তর্পণ, দুর্গা পুজা, মেরা থা, স্বরস্বতী পুজা, য়াউশঙ, বারুনী, চৈবাওবা অমদি কাং শান্নবা নচিংবগী মরমদা শন্দোক্না নৈনরি। অদুবু অইবনা মতমদুগী মৈতৈগী হরাও-কুম্মৈ অয়াম্বা নুমিদাংদা পাঙথোকপা অসিগী ফত্তবা লৈবকপা য়াই হায়বগী মীৎয়েং থনম্মী। অইবনা হায়-

> 'কুম্মৈ অয়াম্বা নুংদাংদা তৌবা ঙাক্তনি। কুম্মৈদুনবু নুংঙাইরবদি নুমিদাং শোয়দনা ওইগনি। মসিসু ওইরসনু নুপা নুপীনা তোৎন-য়াননা তৌবা কুম্মৈ

য়াম্মনখ্রে। অসিনা অসুম মতৌরক্লবদি শোইরোই মতম খরগী মতুংদদি আর্জ্জুনগী মথক্তা পুলিসনা গার্দ তৌরগনি।' (ল.ম.প.,লাঃ ২৩১৬)

অইবসিগী লাইরিক ওইনা ফোঙখ্রবা ৱারেং য়াওবা সাহিত্যগী খুৎশেম খরদি- (১) **ৱারেং-শৈরেং অরিবা** (১৯৬৭), (২) **ৱারেং মরি** (১৯৮৭) অমদি (৩) **অঙাংগী ৱারী** (১৯৭১ ঃ মনুংগী অহানবা লমাযদা **অঙাংগী ৱারী খরা** হায়না থাবা) নচিংবনি। অহানবগী লাইরিকসিদা য়াওবা পনবা যাবা ৱাবেংশিংদি- 'সুবল বেশ সুবল সম্বাদ', 'গঙ্গা তুরেল', 'আশা', 'ঈশ্বর', 'সংস্কৃত লাইবিক তম্বগী মরমদা খরদং', 'বৃন্দাদেবী' অমদি 'সমাজ' নচিংবনি। অদুগা অনীশুবা লাইরিক্তনা- 'শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য', 'গীতগোবিন্দ' অমসুং 'জয়দেব', 'গান্ধী অমসুং ধর্ম্মা', 'ৱাবী লাইরিক অমসুং সাহিত্য সমাজ' নচিংবনি। অহুমশুবা লাইরিক অসিদি থিবা ফংদ্রে। মদুনা নৈনবগী খুদোংচাবা লৈত্রে। 'সুবল বেশ সুবল সম্বাদ' হাযবা ৱারেংদা সুবলনা আয়ানগী য়ুমদা চৎলগা রাধাবু ফিরোল হোংদোকহল্লগা যমুনাগী মপান্দা শ্রীকৃষ্ণগী মনাক্তা লাকখিবা, 'গঙ্গা তুবেল'দনা 'গঙ্গা তুরেল অসি মন্দাকিনী, জাহ্নবী, ভাগীরথী, ভোগাবতী নচিংবা মমিং কয়া থোনখিবগী ৱাবী, ত্রিবেনি, হুগনি, পদমা হাযনসু খংনবা, 'মাগী মপান্দা ফমদুনা জপ, তপ, ধ্যান তৌবদা পূক্লিং শেংই, ফংদবা লৈতে' (লাঃ ১৪) হায়বা গঙ্গা তুরেলগী মতিক মগুণ হৌবক ৱাবীরোলগী পাউদম, 'আশা' দা মীওইবনা নীংনফম অমা লৈবা, মদু ফংনবা হোৎনবা, পূক্লিংগী পম্ভুংফম্বু আশা ওইনা লৌবগা আশাগী মশক তাকপা, 'ঈশ্বর' হাযবসিদনা ঈশ্বববু মশক তাক্লবা হোৎনবা- 'জীব অমগী হকচাং কয়াত্তা থোক্লিবা অমসুং তৌরিবা অদু জীব মশানা খংজবগুম, শকউদবা অমনসু পূম্নমক্তু খংই মাবু 'পবমাত্মা ঈশ্বর হায়না কৌই' (লাঃ ২৬) হায়না তাকপগা লোযননা মাবু মশক খংগে হায়ববদি 'মাবু ফংলবা আত্মা অদুতনা মাগী মওং মশক খঙগনি। ইবুঙো মঙোন্দা তিন্দ্রিবা জীবনা মাগী মওং মতৌ তাকপা ঙমদে' (লাঃ ৩১) হায়না ৱারোই পীবি। 'সংস্কৃত লাইরিক তম্বগী মরমদা খরদং'দদি সংস্কৃত অসি লাইরোননি হায়বগা লোয়ননা সংস্কৃত লোনগী সাহিত্যদি মপান নাইদবনি হায়রি। মসি নৌহৌননা তমহন্নিংবগী অপাম্বা ফোঙদোক্লি। 'বৃন্দাদেবী' ৱারেংদা বৃন্দাদেবীগী সতিত্ব ধর্ম্মগী শক্তম য়েক্লবা লাক্লরি। বৃন্দাদেবীনা মপুরোইবা শঙ্খচুডগী থৌগল কায়জদবা, শ্রীকৃষ্ণনা মায়া তৌদুনা বৃন্দাদেবীবু সতিত্বধর্ম্ম

থুগাইনবা হোৎনখিবা অদুদা শাওবদুনা বৃন্দদেবীনা শ্রীকৃষ্ণদা নুং ওইযু হায়না শাপ তৌখিবা, শ্রীকৃষ্ণনসু শাপ তৌখিবা, নপুরোইবা শঙ্খচড়না শঙ্খ মোইবুং (জল শঙ্ঘ) অদুগা মহাক্লা তুলসি পাম্বী ওইযু, হয়েং কলি যুগতা জীবগী উপকার তৌরসি হায়বগী থৌদোক অমগী ৱারী পরিং পীরি। 'সমাজ' হায়বা ৱাবেংসিদা অইবনা ইং ১৯৫০ গী মমাংদা উখিবা মণিপুরী সমাজগী মশকশিং মসিদা মণিপুরগী হরাও কুম্মৈ, ছাত্র-ছাত্রশিংগী লমচৎ শাজৎ, কলা সংস্কৃতিগী ওইরক্লিবা ফিভম, ফিজেৎ লৈতেংগী চৎনবী অদু নৈনরি।

**ৱারেং মরি** (১৯৮৭) দা য়াওবা ৱাবেংশিংদি **'শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য'** মসিদা শ্রীগৌরাঙ্গনা ইং ১৪৮৫ দা নবদ্বীপ্তা পোকখিবা, মশাগী চহি ২৪ শুবদা সন্ন্যাস তৌখিবা, শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোন্দুনা পুন্সি লোমখিবা, **'গীত গোবিন্দম** অমসুং জযদেব'দনা মতৌ কবম্না **গীতগোবিন্দম** ইখিবগে হাযবগী ৱারী পরিং চত্থবগা লোয়ননা জয়দেব গোশ্বামীগী পুন্সিগী ৱারী পিবি। 'গান্ধী অমসুং ধর্ম্ম' হায়বা ৱারেংদনা গান্ধীগী ধর্ম্মগী মরমদা নৈনরি। মসিদা 'গান্ধীদি মুর্ত্তি পুজা তৌদে। মঙোন্দা হিন্দু, মুসলিম, খৃষ্টান খেন্নবা লৈতে'। (লাঃ ৫৮) হায়বদু তাকপগা লোয়ননা 'সত্য' (অচুম্বা) হায়বসি থিবনি, সত্যধর্ম্ম অসি গান্ধীজীগী ধর্ম্মনি হাযরি। অরোইবা ৱারেং 'ৱারী লাইবিক অমসুং সাহিত্য সমাজ' হাযবসিদদি ভারতকি শকখংলবা বাল্মীকিগী **রামায়ন**, ব্যাসগী **মহাভারত** অমদি মণিপুরগী লিজেন্দ ওইনা লৈখ্রবা মোইবাং কংলৈরোনগী খম্বা থোইবীগী ৱারী অসিনচিংবা অসিগী মশক তাক্লবা হোৎনরি। মসিদা সাহিত্যগী মগুণ লেপ্পবা লাক্লবগা লোয়ননা মকুওইবা চরিত্রশিং **রামায়নদা** রাম, কৈকেয়ী, সিতা, রাবন, **মহাভারততা** দুর্যোধন, ভীস্ম, আর্জ্জুন, শ্রীকৃষ্ণ, খম্বা থোইবীগী ৱারীদা খম্বা, নোংবান, চীংখুবা, খম্নু অমদি থোইবী নচিংবগী মশক তাক্লি। মসিনা মণিপুরী সাহিত্যদা অচৌবা অবদান অমা ওইরি। ৱারেং খুদিংমক্তা সংস্কৃত শ্লোক খবসু অর্থগা লোয়ননা পীবি। মসিসু অনৌবা ৱারেং কলাগী মশক অমনি হায়নিংঙ্ই।

### মেমোইর (নীংশিং-থোকখ্র' ৱারী) ইবা অমা ওইনা-আনন্দমোহন ঃ

মণিপুরী সাহিত্যদা নীংশিং-থোকখ্র' ৱারী (মেমোইর) ইবা সাহিত্যকারগী মশিং অসি খুৎ থেক্তুনা পাবা য়াবি। Personal memoir ইবশিংগী মনুংদা লাইবেনময়ুম ইবুংঙোহল (১৮৯৫-১৯৬৬) গী **জীবন চরিত** (১৯৭৫),

হিদংময়ুম দ্বিজমনি দেব শর্ম্ম (১৯০২-২০০০) গী **My Reminiscences** (১৯৮৬), থোইবী দেবী (১৯২০-১৯৯৬) গী **নিংশিংলক্লি ঙসিদা** (১।১।১৯৯৭), অশাংবম মীনকেতন (১৯০৬-১৯৯৫) গী **পুন্সিগী শক্তম** (লারোল অমা ঃ ১৯৮০, লারোল অনীঃ ১৯৮৩), এম কে বিনোদিনী (১৯২২-২০১১) গী **চুড়াচান্দ মহারাজগী ইমুং** (২০০৮) নচিংবা লৈখ্রে। ময়েংবম আনন্দমোহনসু History দা base তৌবা Personal life কা মরী লৈনবা **শিলোং ১৯৪৯** (ইবা ঃ১৯৯৭, ফোঙবা ঃ ২০০৪) ফোঙদুনা কবিনা মাগী পুন্সিগী য়াচংলকপা মতমদা অরোইবা খুদোল তম্বীরম্মী। লাইরিক অসি অইবগীদি মাষ্টর পিসনি। ঙসিগী সাহিত্যকার অমদি সাধারন মীয়ান্না শকখংনরিবসু লাইরিক অসিনি। মাগী লাইরিকসিগা মথক্তা পনখ্রবা অইবা অইবীশিংগী মেমোইরগী লাইরিকশিংগা অচৌবা খেন্নবা অমা লৈ। আনন্দমোহনগী লাইরিকসিদি - মণিপুরনা ভারততা তিনখিবা Merger Agreement গী সহি তৌনবা অদুদা য়ুম্ফম ওইরি। মণিপুবগী ইতিহাসতা Manipur Merger Agreement গী সহি তৌনখিবা নুমিৎ সেপ্টেম্বর ২১, ১৯৪৯ গী factual account অমদি Minister of State, New Delhi দগী M.K. Vellodi, Secretary to the Government of India না তাং ২৫ ওক্টোবব, ১৯৪৯ দা থারকপা order সু য়াওবি। মসিদা ইবি ঃ

1. This order may be called the Manipur (Administation) order, 1949.
2. It extends to the whole of Manipur.
3. It shall come into force on the 15th day of October, 1949.

   There shall be a Chief Commissioner appointed by the Central Government at the head of the Administration of Manipur (p.117)

মার্জর এগ্রিমেন্ট অসি মণিপুরী পুন্সিগী থম্মোয়দা মৈতান্না ঝাখৈদ্রিমখৈ কাওবা য়াররোইদবা তাঙ্কক অমনি। তুংগী মীরোলনসু থম্মোয়দা য়েক্কুনা থমখ্রগদবা থৌদোক্নি। অদুনা মরম ওইরগা অইবনা শিলোংদা মার্জর এগ্রিমেন্ট সহি তৌনখিবা মীওইশিংগী ফোটো, মহারাজ বোধচন্দ্রগী ফোটো অমদি লাইরিক অসিদা মরী লৈনবা ফোটো অমদি দোকুমেন্ট কয়াসু হাপ্লি।

মণিপুর মার্জর এগ্রিমেন্টকী মরমদা Factual account গী personal episode পীদ্রিঙৈদা অইবনা 'পুন্সিবু হন্না য়েংলুবদা (ইং কুমজা ১৯৪০-৫০)' গী পন্দুপ অমনা অহানবদা পীরি। মসিসু historical evidence ঙাক্তনি। মণিপুরগী ইতিহাসতা লাচল্লবা থৌদোক অমনি। অইবগী পুন্সিগী জীবন চরিত অদু ময়েক শেংনা পীরি। ইম্ফালগী খোয়াথোংদা, নোংমাইজিং নুমিৎ মে ১০, ১৯৪২ দা জাপানগী বোম থাদরকপা, ১৯৪৫ দা এলাইদ ফোর্সনা জপানগী সহব অনী- হেরোসিমা অমদি নাগাসাকিদা এটোম বোম থাদখিবদগী জপাননা লানদা মাইথিখিবা, ওক্তোবর ৮, ১৯৪৫ দা বিলাতকী নিংথৌরেল জোর্জ আর আইনা মহারাজ বোধচন্দ্রদা থারকখিবা টেলেগ্রামগী পাউদা 'সাহেবনা ইং কুমজা ১৮৯১ দগী হৌনা পীবা তারক্লিবা চহিগী কাঙ্গৎ লুপা ৫০,০০০ (লিশিং য়াঙ্খৈ) অদু খুদক্তগী ওইনা মতম চুপ্পগী কোক্লে' (লাঃ ৪) হায়বা ৱাফম, মার্জর এগ্রিমেন্ট চৎনবা হেক হৌবা নুমিত্তগী 'বোধচন্দ্র সিংহ পেন্সন পীদুনা মীচম প্রজা অমা ওইখ্রবনি। মচা হাকতক্তদি পেন্সন অদুসু পূন্নমক ককখ্রবনি, মমিংতা ওইনা নিংথৌ শাবগী মওংদা লৈখ্রবনি' (লাঃ২০) হায়বনচিংবা অইবগী মীৎয়েং থল্লি। মদুনা লাইরিক অসি মণিপুরী সাহিত্যদা পুমহৌ নৌবা, তোঙান্না তাবা মশক অমা ওইনা লৈরি।

## বাইওগ্রাফি (পুন্সি ৱারী) ইবা অমা ওইনা ময়েংবম আনন্দমোহনঃ

ময়েংবম আনন্দমোহনসু সাহিত্য অকাদেমি, নিউ দিল্লি (১৯৫৪) না শকখংলবা পণ্ডিত অমনি, সাহিত্যকাব অমনি। মদুনা সাহিত্য অকাদেমিনা পণ্ডিত অসিদা এসাইনমেন্ট অমা পীদুনা করি অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ সিংহগী পুন্সি অমদি সাহিত্যগী অবদানগা মরী লৈনবা Arambam Dorendrajit Singh (২০০২) হায়না মমিং থোনবা মণিপুরী সাহিত্য শেম্বদা অচৌবা থৌদাং য়ারম্বা অসিগী মরমদা ইহন্দুনা লাইরিক ওইনা ফোঙখি। এলাংবম নীলকান্ত (১৯২৭-২০০০)সু **Pandit Atombapu Sharma** (১৯৯৮), ডা. এলাংবম দীনমনি (১৯৪০) নসু **Kavi Hijam Anganghal** (২০০৬) নচিংবগী life and work তা য়ুম্ফম ওইবা বাইওগ্রাফিনচিংবা সাহিত্য অকাদেমিগী এসাইনমেন্টগী মখাদা ফোঙলম্মী। পণ্ডিত ময়েংবম আনন্দমোহনগী ৱার্কনা অতৈ অইবশিং অসিদগী মনুং চংশিনবা হেল্লি।

John Dryden (1631-1700) না হায়খিবা Biography- 'history of particular men's lives' (J.A. Cuddon, **Dictionary & Literary Terms & Literary Theory**, 1998, p.83) নীংশিংবা য়াই। পণ্ডিতজিনা কবি অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎপু জোনষ্টোন হায় ইংলিস স্কুল (১৮৮৫) দা মহৈ তম্লিখৈদা থেংনজখি। **ললিত মঞ্জরী পত্রিকা** দা ৱারেং অমদি শৈরেং ইদুনা ফোঙবা মতমদসু কবি অসিগী সাহিত্যগী থৌগল্লোয় ওইখি। মদুনা কবিগী পুন্সিগী মতাং পল্লকপদা অমদি সাহিত্যগী অবদানবু শিংথারকপদা মরিক চুস্মী। বাইওগ্রাফিগী লাইরিক অসিদা ইবি- কবি অবাম্বম দরেন্দ্রজিৎ সিংহ, শগোলবন্দ মৈন্য লৈরক, ইম্ফালদা আগষ্ট ৭, ১৯০৭ দা পোক্লগা আগষ্ট ৩১, ১৯৪৪ দা তাইবংবান থাদোকখিবা, ইং ১৯৩২ দা কলকটা য়ুনিভর্সিটি (১৮৫৭) গী মখাদা বি এ সংস্কৃত ওনর্স পাস তৌরকপগা লোয়নননা তোম্বীসনা হায়স্কুল (১৯৩২) গী ইং ১৯৩২ দগী ১৯৩৮ ফাওবা হেদ মাষ্টর ওইরম্না; ইং ১৯৩৩, সেপ্টেম্বর ১ দগী ইং ১৯৩৪, জুলাই ১ ফাওবা **ললিত মঞ্জরী পত্রিকা** (থাগী চেফোঙ) গী সম্পাদক্কী থৌ পুরম্না- **মোইরাং থোইবী** (ইবা ঃ ১৯৩৪, ফোঙবা ঃ ১৯৩৭) অমদি **ভাগ্যচন্দ্র** (ইবা ঃ ১৯৩৯, ফোঙবা ঃ ১৯৪৫) নচিংবা ড্রামা ইবম্না. মসিগা লোয়নননা মণিপুরী সাহিত্যগী অহানবা মহাকাব্য **কংসবধ** (ইবাঃ ১৯৩৫ / ৩৯, ফোঙবা ঃ ১৯৪৫), বাংলাদগী মণিপুরীদা অনুবাদ তৌদুনা এরিয়ান থিয়েটব (১৯৩৫) লিংখৎপদা অহানবা শান্নখিবা Machael Madhusudan Dutta (1824-1873) গী Historical Play, **Razia** (1860) শান্নখিবা নুমিৎ, সেপ্টেম্বব ২৩, ১৯৩৫; অতৈ বাংলাদগী অনুবাদ তৌবম্না, এবিয়ান থিয়েটবগী আর্টিষ্টশিংনা শান্নখিবা ড্রামাশিং-দিজেন্দ্রা লাল রায় (১৮৬৩-১৯১৩) গী হিষ্ট্রিরিকেল প্লে, **সহাজহান** (১৯১০) অমদি মেথোলোজিকেল প্লে, **কৌরব পরাজয়** (অইবগী মমিং পনবিরমদ্রে) নচিংবা অসিনি। মসিগী মথক্তা কবিনা চোইজাইননা মণিপুবী চেফোঙ খবদা হাপথ্রবা শৈরেংশিং, 'স্মৃতি' (ইবা ঃ ডিসেম্বব ১, ১৯৩৯, ফোঙবা ঃ **নহারোল**, সম্পাদক ঃ লাইশ্রম গোপাল সিংহ, ১ বা চহি, য়াউশং মশিং ১৯৪১), **'ঈরৈপাক'** (ইবা ঃ২৬ / ১০ / ১৯৩৭, থোকচোম মধু সিংহ, বি.এ. সম্পাদক, **মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ পত্রিকা**, ১বা চহি, ১বা মশিং, নবেম্বর, ১৯৩৭, লাঃ ১১ / ১২) নচিংবা পল্লি। অরোয়বদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল (১৯৩৫) না ইং ১৯৪৮ দা **'কবিরত্ন'** উপাধি পীখিবগী মতাংসু য়াওবি।

**হন্দোকলোয় (অনুবাদক / ট্রান্সলেটর) অমা ওইনা ময়েংবম আনন্দমোহনঃ**

ময়েংবম আনন্দমোহন- ৱাবেং ইবা অমা ওইনা মাগী মফম মণিপুরী সাহিত্যদা ফিদা চাওনা কন্দুনা লৈবগুম ৱারেং লাইরিকসু মণিপুরী লোন্দা হন্দোক্নুনা ফোঙলম্মী। মসি মাগী হৈনবী সাহিত্যগী বিধা (খুৎশেম)নি। শ্রীঅরবিন্দ আশ্রম, পোন্দিচেরী (১৯১০) গী আশ্রমগী অধিষ্ঠত্রী দেবী, শ্রীমা (পেরিস ঃ ১৮৭৮- পোন্দিচেরী, ইন্দিয়া ঃ ১৯৭৪) গী **ওন ইদুকেশনবু** ইংবেজিদগী মণিপুরীদা **শিক্ষা** (১৯৭৪) হায়না হন্দোক্নুনা শ্রীঅরবিন্দগী চহী ১০০ শুবা পালনগা লোয়ননা (১৮৭২-১৯৭২) শ্রীঅরবিন্দ সোসাইটি, ইম্ফালগী থৌদাংগী ভাব লৌদুনা ইং ১৯৭২ দা আনন্দমোহন্না হন্দোকখি। লাইরিক অসিদা ৱারেং ৬ য়াওরি। মদুদি - 'জীবন-বিজ্ঞান', 'শিক্ষা', 'হকচাংগী শিক্ষা', 'থৱায়গী শিক্ষা', 'পুক্নিংগী শিক্ষা' অমদি 'আন্তরাত্মিক অমসুং আধ্যাত্মিক শিক্ষা' (Psychic and spiritual education) নচিংবনি। 'জিবন বিজ্ঞান'দা মীওই পুন্সিগী অৱাবা মশক অমদি মশানা মশাবু খংজবা, আত্মাগী অচুম্বা থিবাগী খোংজংগী মতাংদা নৈনরি। 'শিক্ষা' দনা মমা অমদি মপা অমনা মচাদা পীগদবা শিক্ষা, মচাগা মমা-মপা ওইবশিংগা লৈনগদবা মবী অদু পল্লি। 'হকচাংগী শিক্ষা', 'থৱায়গী শিক্ষা' অমদি 'পুক্নিংগী শিক্ষা' নচিংবদা হকচাংগী তৌগদবা হৌন-লোনচৎ ঙাকপা, চাবা থকপা, তুম্বানচিংবদা ইনগদবা নীযম নীতি, জ্ঞান ইন্দ্রি চাওখৎহনবা, ফত্তবা হৈনবী, স্বভাব হোংদোকহনবা ভম্বা, পুক্নিং লোংদবা, পুন্সিগী লমজিং মৈরা ওইবদা লম্বী চংশিনবা, অৱাংবা থাক্কী মীশকশিংদগী পীরকপা ৱাখলশিংদু লৌশিনবা, পুক্নিংবু তুমিন্না লৈহনবগা লোয়ননা ফল তাবা য়াবা মাইকৈদা পুক্নিং চিংশিনবা নচিংবগী মতাং কয়া নৈনরি।

'আন্তরাত্মিক অমসুং আধ্যাত্মিক শিক্ষা' (Psychic and spiritual education) হায়বা ৱাবেং অসিদনা আত্মাগী মনুং হুনজিনবা মশক অমা থিবা, মসিগী শিক্ষা পিনবা লাক্নবা, 'ঐহাক হায়না খল্লিবা ৱাখল' (লাঃ ৫৫) অদুগী পল থাদোকপা, ইশাগী নুংঙাইবা, অপেনবা থিবা থাদোকপা, পঙ্গুংফম য়ৌনবা চৎপা, খোঙচৎ কাওদবা, ৱা ঙাংদ্রিবৈদা হান্নন পুক্নিং চংনা খঙ্গরগা মরুওইবা অদুমক ঙাংবা, 'আধ্যাত্মিক জীবন লেন্ননবগীদমক্তদি 'ঐহাক' হায়বসি

লৈরোইদবনি' (লাঃ ৬০) হায়বগী পাউজেল, ঈশ্বরগী মফমদা থৌনা অমদি উইন অমগা লোয়ননা কখোকপা নচিংবগী মরমদা নৈনরি। ঐখোয়না খ্বাইদগী মগুণ লৈনা লৌরিবদি অইবা (হন্দোকলোয়) অসিনা ইংরেজি লোন্দগী মণিপুরীদা হন্দোকপা মতমদা সংস্কৃত লোন অমদি সাহিত্য মশক মুন্না খংবা পণ্ডিত অমা ওইবনা সংস্কৃত ৱাহৈনা ৱাবেংশিংগী মীংথোন পীবগা লোয়ননা ৱারেংগী মনুং শরুকশিংদা সংস্কৃত ৱাহৈ কয়াসু শীজিন্নরি। কবিগুম্বা মতাংদা মণিপুরীদা অর্থ হন্দোক্তুনা পীরম্বসু যাওরি। খুদম ওইনা -ইশাবু মপুংফানা কখোকচবা - পুর্ণ আত্মানিবেদন, অখণ্ডবা - অভিজ্ঞাতা, শন্দোক্লা হায়বা - ব্যখ্যা, মহৈতম্বা-শিক্ষা, চুমদ্রিং-সিদ্ধ, জ্ঞান-লৌশিং, ফজবা মতৌ-সৌন্দয্য নচিংবা। ৱারেং লাইরিক অসি পারগা হন্দোকলোয অমনা কদায় ফাওবা ওরিজিনেল টেক্সতগী target language ইরকপা মতমদা ওরিজিনেল মাংখিবা লৈতে। অনুবাদ কলাদা হেন্নদুম চুশিন্নবা থেংনৈ।

## ড্রামা ইবা প্লেরাইট অমা ওইনা-ময়েংবম আনন্দমোহন ঃ

মণিপুরী সাহিত্যদা ওরিজিনেল ড্রামা ইদুনা অহানবা ওইনা খুৎ থাখিবা লাইরেনমযুম ইবুংঙোহল (১৮৯৫-১৯৬৬)না অহানবা ওইরগা মাগী মতুংদা শোবোখাইবম ললিত (১৮৯৩-১৯৫৫), হাওবম তোম্বা (১৯০৮-১৯৭৭), অবাম্বম দবেন্দ্রজিৎ (১৯০৭-১৯৪৪), হিজম অঙাংহল (১৮৯২-১৯৪৩) অমসুং মৈত্রম বীর (১৯১৬-১৯৭৮) নচিংবা অঙনবা মতমগী ড্রামা ইবা প্লে রাইটশিং অসি মথঙ মথঙ থোবকখি। মখোয়গী মতুংইনবা ওইনা ময়েংবম আনন্দমোহনসু মণিপুরী সাহিত্যদা ড্রামা অনীখক খুদোল তম্বিবম্মী। মাগী ড্রামা অনী অদুদি-**ডোক্তর** (১৯৬৮) অমসুং **গ্রেজুয়েট** (১৯৬৯)নি। **খাইনবা** হায়না মমিং থোনবা ড্রামা অমসুং ইরম্মী। হায়রিবা ড্রামা অসি কোস্মো ড্রামা অমেচার ঠিয়েটর য়ুনিট, ইম্ফাল ইং ১৯৫০ দা শান্নখি। লাইরিক ওইনদি ফোঙলমদে। ড্রামা পুন্নমক ইং ১৯৫০ গী মমাঙদা ইখিবা ঙাক্তনি। অসিদসু নত্তনা বাংলা সাহিত্যগী বিশ্ব কবি রবিন্দ্রনাথ ঠাকুব (১৮৬১-১৯৪১)না ইরম্বা সিম্বোলিক ড্রামা, **রাজা** (১৯১০)- বাংলাদগী মণিপুরীদা হন্দোক্তুনা **নিংথৌ** হায়না মমিং থোল্লগা এরিয়ান থিয়েটর, শগোলবন্দ, ইম্ফালগী অর্টিষ্টশিংনা ঠিয়েটর গ্রুপ অসিগী ১২২ শুবা ষ্টেজ ড্রামা ওইনা, ইং ১৯৮৭ তা দিল্লিদা পাঙথোকখিবা

**টেগোর সেন্টিনরী ড্রামা ফেষ্টিভেল**দা শরুক য়াদুনা অহানবা ওইনা শান্নখি। মাগী ড্রামাগী কৃয়েটিভ ৱার্কশিং অসি য়েংলুরগা ময়েংবম আনন্দমোহনবু ড্রামা ইবা প্লেরাইট অমা ওইনা লৌবা য়াই। মাগী ড্রামাগী লাইরিকশিং অসি নৌহৌননা নৈনদুনা অইববু মশক তাকপা মতম ওইরক্লে। থেংমল্লবনি হায়নিংই। মণিপুরী সাহিত্যকাবশিংগী অশোনবনি, থিজিনবা ৱাৎপনি।

## এডিটর অমা ওইনা ময়েংবম আনন্দমোহনঃ

ময়েংবম আনন্দমোহন - এডিটর অমা ওইনসু থৌ পুরন্বা সাহিত্যকার অমনি। ওল মণিপুব ষ্টুদেন্টস কনফরেন্স (১৯৩৫) গী অহানবা জেনবেল সেক্রেটবি ওইবতা নত্তনা য়ুনিয়ন অসিগী ইং ১৯৩৬ তা অহানবা ফোঙবা হৌখিবা **মণিপুর কলেজ ষ্টুদেন্ট মেগাজিন**গী এডিটব ওইরম্মী। মসিগী মমাঙদা জোনষ্টোন হায ইংলিস স্কুলদা ক্লাস নাইন তম্লিঙৈদা মতমদুগী স্কুল তম্মিন্নবম্বা মহৈবোইশিংগা পুল্লগা খুৎনা খাতাদা ইরগা ফোঙখিবা, handwriting journal **মৈতৈরোন** থা / থাগীচেফোঙগী অহানবা এডিটব ওইনা ইং ১৯৩২ দা ফোঙখি। ইং ১৯২২, জুন থাদা ফোঙখিবা হেন্দ বাইটিং জরনেল, হিজম ইবাবতনা সম্পাদন তৌবা **মৈতৈ চনু** নীংশিংহল্লি। পুন্নমকসিগী মথক্তা ইং ১৯৬৯ দা গান্ধীজিগী চহী ১০০ শুবা মপোক কুমওনগা মবী লৈননা ফোঙবা চেফোঙ, **গান্ধীজি নীংশিং চেফোঙ** (১৯৬৯-১৯৭০) গী এডিটরসু ওইবম্মী। মথক্তা পনখ্রবা চেফোঙশিং অসিদা এডিটর অসিগী ৱারেং অমসুং শৈবেং খরদি শোযদনা য়াওরমগনি। মদু নৌহৌনা থিজিনবা মতম ওইরক্লে। মসিনা কবি আনন্দমোহনগী অনৌবা মশক অমসু থেংনবকপা য়াবি।

## ৱারোইশিন ঃ

ঙসি ময়েংবম আনন্দমোহন - মণিপুরী সাহিত্যকার অমদি সাধাবন মীপুম খুদিংমক্লা শক খংলবা পণ্ডিত অমদি কবি অমা ওইনা তাইবঙপানসিদা মীংচৎ থনল্লে। মাগী মবমদা ঐখোয়না মনুং য়ৌশিন্না থিবা অমদি মাগী সাহিত্যগী অবদানবু মশক খঙনবা হোৎনবা হায়বসি ঐখোয়গী ইথৌমক ওইরক্লে। কবি অসিনা থন্বীরম্বা ড্রামাগী লাইরিকশিং, চেফোঙদা হাপখ্রবা ৱারেং অমদি শৈবেংশিং মকওইনা **য়াকাইরোল** (থাগী চেফোঙ, সম্পাদক ঃ শ্রীলৈরেনসিংহ নিংথৌজম, (১৮৯৩-১৯৭৬) ১বা ফোঙবা, ওক্টোবব ১৯৩০) অমদি **মণিপুর মতম**

(অহানবদা নুমিৎ ৩ দা ফোঙলম্বা, মথংদা নুমিৎ ৭ দা ফোঙবা, সম্পাদকঃ রা.কু. শীতলজিৎ, ১বা ফোঙবা, এপ্রিল ১৯৩৯), এদুকেশনেল সরর্টিফিকেটশিং, প্রোফেস্নেল দোকুমেন্টশিং (মরুওইনা সরভিস এন্দ পেন্সন বুক), লাইরিক ওইনা ফোঙবা ঙমহৌদ্রবা চোইজাইনখ্রবা ৱাবেং অমদি শৈরেংশিং- পুন্নমকসিগী অপুনবা মশক্তা শাগৎপা লাইরিক অমা পুথোকপা দরকাররনি। মতমদুদা কবিগী আত্মানা অপেনবা হায়বদু ওইরসনু।

**মতেং লৌখিবা মণিপুরী চেফোঙ ঃ**


১। গোকুলচন্দ্র সিংহ, থোংবম, সম্পাদক, **ললিত মঞ্জরী পত্রিকা**, ২য় বর্ষ, ১ আগষ্ট, ১৯৩৫ ইং, ১২ শ খণ্ড, লা. ৯৯৯ / ১০০১

২। মথক্কিগা মান্নে, লা. ১০০১ / ১০০৫

৩। মথক্কিগা মান্নে, লা. ১০০৫ / ১০০৭

৪। মথক্কিগা মান্নে, লা. ১০০৭ / ১০০৮

৫। মথক্কিগা মান্নে, লা. ১০০৮

৬। মথক্কিগা মান্নে, লা. ১০০৮ / ১০০৯

৭। মথক্কিগা মান্নে, ১ জুন, ১৯৩৫ ইং, ১০ ম খণ্ড, লা. ৯২৭ / ৯৩২

৮। গোকুলচন্দ্র সিংহ, থোংবম অমদি রাজকুমাব শ্রীশীতলজিৎ, বি এ, মথক্কিগা মান্নে, ৫ ম বর্ষ, আগষ্ট, ১৯৩৮ ইং, ১২ শ খণ্ড, লা. ২৩১১ / ২৩১৬

৯। গোপাল সিংহ, লাইশ্রম, সম্পাদক, **নহারোল**, ১বা মশিং (য়াউশঙ মশিং), ১৯৪১

১০। মধু সিংহ, থোকচোম, সম্পাদক, **মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ পত্রিকা**, ১বা মশিং, নবেম্বর ১৯৩৭, লা. ১১ / ১২


***English Section***


1. Ananda Mohon Singh, Mayengbam, **Arambam Dorendrajit Singh**, Sahitya Akademi, New Delhi, 2002.

2. **A Brief History of the Naharol Sahitya Premee Samiti, 1959/1986**, Imphal, 14.6.1986.
3. **The Cultural Forum Forges Ahead, 1959/2005**, Imphal, 17.05.2005.
4. **State Level Johnstone School Centenary Celebration, 1885-1985**, Imphal, December 30, 1985

**মণিপুরী লাইরিক ঃ**

১। আনন্দমোহন সিংহ, ময়েংবম, 'লিক্লাই', **সাহিত্য-অনৌবা**, (সম্পাদকঃ তেলেম অবীর সিংহ), ও.কে. ষ্টোর, ইম্ফাল, ১৯৫২, লা. ১৯/২০
২। অইবগী ফোঙখ্রবা, পেপর অসি ইবদা য়াওবা লাইবিক পুন্নমক।

*শিংজমৈ, ইম্ফাল*
*য়ুমশকৈশা, এপ্রিল ২৫, ২০১২*

# মণিপুরগী ইতিহাসতা ময়েংবম আনন্দমোহন সিংহ ঃ লাইব্রেরীয়ান অমা ওইনা

**কাংজম চাউবা সিংহ**

লাইব্রেরিয়ান (সেলেক্সন গ্রেদ)

গভর্নমেন্ট পোলিটেক্নিক, ইম্ফাল

''প্রজা শিংগৎলক্লগা সরকার ৱাগনি হায়বদগী মণিপুবদা লাইব্রেরী চাওখত্তবনি''- আনন্দমোহন। মণিপুরদা আনন্দমোহন কৌবা মীওই কযামুক লৈরম্বা য়াই অদুবু মথক্কী ৱাহৈ খবসি হায়রম্বা মীশক্তুদি অতৈ অতোপ্পা কনাসু নত্তে, ঐখোয় পুম্নমক্না নুংশিনা ইকাইখুম্নরিবা মণিপুরগী অহানবা লাইব্রেরীয়ান ওইরম্বা ইম্ফালগী কৈশামথোং এলাংবম লৈকাইদা ইং ১৯১১গী এপ্রিল ৩০ দা পোকখিবা অদুগা ইং ২০০৫ গী আগষ্ট, ১৬ তা ঈশ্বরগী খুয়াদা চঙজখিবা ময়েংবম আনন্দমোহন সিংহনি। মথক্কী ৱাফম অসিগী নুংদা চেল্লিবা ঈচেল অসিনা তাক্লিবদি খুন্নাই অমা অফবা মায়কৈদা অহোংবা পুরক্লবগীদমক খুন্নাইদুদা লৈরিবা মীওইশিংদা লৌশিং জ্ঞান পীবদা লাইব্রেরীগী থৌদাং চাউই অমসুং অফবা লাইব্রেরী য়াম্না থমদুনা প্রজাশিংদা অপাম অপাম্বা মখলগী লাইরিক পাবগী খুদোংচাবা ফংহন্দুনা মণিপুরসে লাইব্রেরীগী লমদা চাউখৎপা ষ্টেট অমা ওইহন্নিংবগী অপাম্বদু লৈজরবসু অঙম্বশিংনা থৌশাবিদবদা মহাক মশানদি ঙমদবনিনা অঙম্বশিংগী মফমদা পেন্দবা ফোংদোকপনি।

মণিপুর লাইব্রেরী এসোসিয়েসন (মালা) লিংখৎলকপগী অহানবা থবক ওইনা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী অমসুং দিপার্টমেন্ট ওফ আর্ট এন্দ কলচর, মণিপুরগা খুৎশম্নরগা ইং ১৯৮৭ কী আগষ্টকী তাং ১১-১২ দা লম্ফেলপাত্তা লৈবা রিজনেল মেদিকেল কলেজগী হোলদা ''মুভমেন্ট এন্দ ষ্টেন্দার্দ ওফ পব্লিক লাইব্রেরীজ ইন মণিপুর'' হায়বা টোপিক অসিদা মণিপুরদা ইহান হানবা ওইনা লাইব্রেরীগী সেমিনার অমা পাঙথোকখি। সেমিনার অদু হৌদোকপগী থৌরমগা মরি লৈননা ৱা ঙাংবদা ময়েংবম আনন্দমোহন্না মথক্কী ৱাফম অসি

হায়খিবনি, মতমদুদা আগষ্ট তাং ১২ গী ''হুইয়েন লানপাও'' পাউ-চেদা ৱাফম অসি অহানবা লামায়দা হেদ লাইন কাদুনা ফোঙখি। হেক য়েংবদা পুকচেল তপ্পা, মোং হাদবা মাগী মচীন্দগী অকনবা ৱা থোরক্কদবা মান্দবা, মাগী তৌগদবা মথৌদা পূক্লিং চঙদুনতা লৈবা মীশক অমনা অসুক কনবা ৱা হায়রক্কনি হায়বা কনামত্তনা থাজরম্মোই অদুবু হায়রকখি। সরকারনা লাইব্রেরীদা পূক্লিং চংদ্রিবা অমসুং চাওখৎত্রিবসি শেল ৱাৎপদগীনি হায়বা ৱাফমসি মহাক্না কন্না য়ানিংখিদে। ''ভারতনা স্বরাজ ফংলবা মতুংদগীদি রাজ্যশিংগী শেল থুমগী ফিভম খরমখৈদি ফরবনি অদুনা লাইব্রেবী চাওখৎহনগে খল্লবদি য়ারবনি'' তৌদ্রিবশিনদি লাইব্রেরীনা প্রজাশিংবু লাইরিক লাইশু হৈহন্দুনা মমিৎ মনা শিংহনবগী মরুওইবা মফম অমা ওইবদুদা ''প্রজা শিংগৎলক্কগা সবকার ৱাগনি হায়বদগী সবকারনা মণিপুবগী লাইব্রেরী চাওখৎহন্দবনি''।

ময়েংবম আনন্দমোহন সিংহ, নেসনেল লাইব্রেরী, কলকটাদগী ডিপ্লোমা লাইব্রেরী সাইন্সকী ট্রেনিং ফংখিবা অহানবা মণিপুবগী অহানবা লাইব্রেরীযান্নি। মণিপুরগী ষ্টেট সেন্ট্রেল লাইব্রেবী অসি অহানবদা দিষ্ট্রিক্ট লাইব্রেরী ওইনা কুমজা ১৯৫৮ দগী হৌখি। লাইব্রেরী অসিগী অহানবা লাইব্রেরীযান ওইনা মহাক্না চহী অসিমক্কী সেপ্টেম্বরগী মতাং ১৬ তগী থবক পায়বা হৌখি। লাইব্রেরী অসি ইহান হানবদা হৌজিক নুপীগী হোষ্টেল লৈবিবা মফম অসিৱাইদা হান্না স্কুল ইন্সপেক্টবগী ওফিস ওইবম্বা পাউনা ইন্টবনেসনেল মার্কেটকী লম্বীগী মমাংলোমদা লৈবা মফমসিদগী হৌদোকখিবনি। মতম খরা লৈরগা লাইব্রেরী অসি বী: টী: রোদতা লৈবা মণিপুর পব্লিক লাইব্রেরীদা অমুক হোংলকখি, মথঙদা রাজভবনগী মখা থংবদা অমুক হোংলক্কুনা মতম কুইনা লৈরবগী তুংদা হৌজিক্কী অনৌবা মফমসিদা লৈরিবনি। ষ্টেট সেন্ট্রেল লাইব্রেরী অসি তোয়না হোংদোক হোংজিন তৌবসিদা মহাক য়াম্না পেনখিদে অদুনা তুং কোইনা লৈগদবা লাইব্রেরীগী চপ চাবা মফম অমা মহাক্না য়াম্না পামখি, মসিগীদমক্তা হৌজিক জী: পী: কলেজ শারীবা মফম, জোনোষ্টোন স্কুলগী মনীং থংবা শরুক, মণিপুর পব্লিক লাইব্রেরী নাকলগী জি: এম: হোল শারিবা মফম, পেলেস কম্পাউন্দগী ওপন এয়ার থিয়েটর শারীবা মফমশিং অসিদগী অমদা সেন্ট্রেল লাইব্রেবীগী মফম ওইনবা মহাক মশামক্না হোৎনরম্মী অদুবু সরকারনা পীখিদে। তুংদা মফমশিং অসি অমা নত্রগা অমগীদমক্তা লোইনা পীথোকখি, মসিদসু

মহাক য়াম্না পেনখিদে। থৌওং অসিনা মতম কুইনগী মমাঙদগী ঐখোয়গী অঙম অথৌশিংনা লাইব্রেরীদা পূক্লিং চঙবীরক্তে হাযবদু অদুম্মক তাকই।

লাইব্রেরী অমগী থাক অসি মরুওইনা লাইব্রেরীদুদা লৈরিবা লাইরিকশিংদুনা লেপ্পী অদুনা লাইরিক লৈবদা মহাক য়াম্না চেকশিল্লি। লাইব্রেরীদা লাইরিক পাবা লাকপা মীশিংসে লাইব্রেবীগীদমক্তদি য়াম্না মরুওইবনি অদুনা মখোযগী পেলহন্নবা খনবদা য়াম্না ৱাজখিবা মীশক্লি আনন্দমোহন। মহাক্কী ৱাহৈদা "অপাবা মীনা লাইরিক্কী মশক মগুণ হেন্না মুন্না খঙভি মরম অদুনা রিদরগী সজেসন য়াম্না ভাব তানা খন্দুনা লৌবা তারকই"। মতমদুগী মণিপুরগী চীফ কম্মিস্নাব ওইবম্বা জে: এম: রাইনা অমসুং মাগী লোয়নবী ভিমলা রাইনা অনীমক সেন্ট্রেল লাইব্রেরীদা মরক মরক্তা লাক্লুনা লাইবিক পাই অদুগা মতমদুগী মণিপুরগী ইদুকেসন সেক্রেটবি কম দাইরেক্টর ওইবম্বা এস: দি: বাহুগুনাগা মখোয অহুম অসি য়াম্না তোৎন তিন্নৈ। মপান্দগী লাকপা শক্তি পায়বা মকওইবা মীশক অহুমসিনা আনন্দমোহন্না লাইব্রেরীয়ান অমা ওইনা মশাগী মথৌ চপ চানা পাঙথোকপদু উবদা যাম্না পেনখি। মবমসিনা লাইব্রেবী অসি চাওখৎনবা ফন্দ মতিক চানা থাদরকই। থাদরক্লিবা শেনফমশিংদু মবম চানা শিজিন্নদুনা অতাঙবা ফংবদা ৱাবা মীযামদা কান্নবা লাইবিক কয়ামুক লৈশিনখি। মহাক মশামক সবকারনা কলকটাদা থাদুনা অচৌবা লাইবিক্কী শো রুমদগী অপাম্বা লাইবিক খন্দুনা লৈহনখি। মসিমক্লা মতমদুদা ষ্টেট সেন্ট্রেল লাইব্রেরী অসি বুক কলেক্সন্দা শিংথাবা য়াবা লাইব্রেরী ওইদুনা মী য়াম্না লাইবিক পাবা লাকখি।

লাইব্রেরীয়ান অমা ওইনা মহাক্লা মশাগী মথৌদা পূক্লিং চঙবদু সরকাবনা খঙবদগী থবক তৌরকপা চহী মরীখক্কী মনুংদা ইং কুমজা ১৯৬২ গী আগষ্ট ১৫ দা মণিপুর এদমিনিষ্ট্রেসন্না মহাকপু কমেন্দেসন সার্টিফিকেট "In recognition of the distinguished services rendered in the field of Education" পীদুনা ইকাইখুম্নবা উৎখি। মণিপুরগী লাইব্রেরীয়ানশিংগী মবক্তা মথৌদা পূক্লিং চঙবগীদমক সরকাবনা কমেন্দেসন সার্টিফিকেট পীদুনা ইকাই খুম্নবসি ঙসিফাওবদা মহাকখক্তনি। লাইব্রেরীদা লাইবিক পাবা লাকপা মীওইশিংগী য়েংদুনা মখোয়বু মনিং তম্না লাইরিক থিজনবা লাইরিক হাপ্পা উপু খুদিংমক হাংদোক্লুনা থন্নসি অতৈ লমদা পাম্না চৎনববসু মণিপুরগী ওইনদি মহাক্লা কয়া পূক্লিং থৌগৎখিদে। মসিগী মরমদি ঐখোয়গী মীশিং অসি অযাম্বনা লাইব্রেরী শিজিন্নবা হৈতে,

লাইরিক পায়দুনা য়েংঙস্মগা হান্না লৈরম্বা মফমদা থনমদনা লোৎশিনবগী মওংদা অতোপ্পা মফমদা থনম্বা অসিনা লাইব্রেরী ষ্টাফতা খুদোংচাদবা থোকহল্লি। নোংচুপলোমগী লৈবাকশিংদদি মাঙখিবা লাইরিক য়াওরবসু মীনা পামদুনা লৌখ্রবনি খন্দুনা অনৌবা অমমুক লৈশিল্লি অদুবু ঐখোয়গীদি শেলগী মতাংদা মসিগী ওইথোকপা লৈতে অদুনা লাইরিক য়াম্না মাঙখিনি খনবদগী মহাক্না চেকশিল্লম্বনি।

পাবুং আনন্দমোহন খুন্নাইসিবু অফবা মায়কৈদা অহোংবা পুরক্লবগীদমক মানা ঙমজবা থাক্তা করিগুম্বা খরদং পাঙথোক্লবা অপূনবগী শক্ত শাগৎপা পাম্বগী ৱাখল্লোন লৈবা মীশক্লি। মসিমক্তনা হান্না লৈরম্বা মণিপুর লাইব্রেরী এসোসিয়েসনগী অহানবা প্রসিদেন্ট ওইখি। এসোসিয়েসন অসি লিংখৎখিবগী চপ চাবা শোক, তারিখ, নুমিৎ অমসুং ৱাবেপ্লচিংবা খঙদ্রগসু মসিগী সেক্রেটরি ওইরম্বা মতমদুগী JNU Centre of Post Graduate Studies Library গী Asst. Librarian ওইরম্বা R.K. Dave না মখোয়গী ওফিস অসি JNU Library দা ওইবা য়াবিনবা Director দা ইংশোক ১৯৭৫ গী মে তাং ১৭ তা দরখাষ্ট অমা থারম্মী লোযননা রিদিং ৱিক পালন তৌনবা হোৎনরম্মী। অদুমকপু হাযরিবা এসোসিয়েসন অসি থবক তৌবমদবনা মীযাম্না খঙনদ্রবসু ৱাখল্লোন অসিমক্তি থাগৎনিংঙাইনি। মসি মতমদুদা লাইব্ররীগী শিনফমদা লৈবা মীগী মশিং য়ামদবনা মরুওইবা মরম ওইবা য়াই। মথং মথং লাইব্রেরীগী শিনফমদা লৈবা মীগী মশিং হেনগৎলকপগা লোয়ননা লাইব্রেবীগী ঈহৌ শাগৎপা পাম্বা মীওইশিং থোবকপদগী মযামসি পুনশিন্নদুনা "মণিপুব লাইব্রেরী এসোসিয়েসন (মালা)" কৌবা লূপ অমমুক ইংশোক ১৯৮৭ কী মে তাং ২৪ নোংমাইজিং নুমিত্তা শেমখি। বি: টি: রোদতা লৈবা মণিপুর পব্লিক লাইব্রেরীদা পাঙথোকখিবা এসোসিয়েসন অসি শেম্বগী অহানবা মীফমদুদা পাবুং আনন্দমোহন মশামক্না প্রসিদেন্ট ওইখি। নুমিত্তুদা পাবুংনা হান্নগী এসোসিয়েসন অদুগী মতাঙদা ৱাহৈ অমত্তা পল্লকখিদে করিগুম্বা পল্লম্লবদি হান্নগীদু ওইনা হীংগৎহল্লম্বসু য়ারম্বনি। ঐনা পাবুং হায়না মীংগৌজবা ময়েংবম আনন্দমোহন্না হায় "ইবুংঙো চাউবা, ইপা লাইব্রেরীগী থবক থৌরমশিং অমত্তা চিংথদনা য়াওনিংঙি"। লাইব্রেরীগী থৌরম য়াওবিনবা হায়জরুবদা য়াম্না হরাওজে। ঐখোয়না অয়াম্বা মতমদা লৌরুই। কল্লিভৈদদি মথন্তা লাকখিবসু য়াওই। য়ুমদা চৎলুবা খুদিং অয়াম্বা মতমদা খোঙগ্রাই তানা ফম্লগা মাগী লাইরিকফান অদুদা করিগুম্বা খরা ইদুনতা লৈরম্বা থেংনৈ।

মহাক্কী পুন্সিদি লাইরিক্কি অমসুং লাইব্রেরীনা মাগী থৱায়নি। "মীওইবগী পুন্সিদা খ্বাইদগী মরুওইবা মীৎনা উবা পোৎশক অমত্তং পনবা তারবদি লাইরিকনি হায়বা তাই"। ইং কুমজা ১৯৮৮ গী জানুৱারীগী তাং ২৯ দা মণিপুর লাইব্রেরী এসোসিয়েসন্না শিন্দুনা ষ্টেট সেন্ট্রল লাইব্রেরীদা "গনতন্ত্র চৎপা সমাজ অমদা লাইব্রেরীগী থৌদাং" হায়বা হীবমসিদা ছাত্রশিংগী ওইবা সিম্পোসিয়ম কম্পিটিশন অমা পাঙথোকখি। থৌরমদুদা মহাক্না চীফ গেষ্ট ওইনা শরুক য়াদুনা মকোক মথঙ তাখিবা ছাশিংদা মনা মথুম য়েঙ্থোকখি।

পাবুং আনন্দমোহনগী পুন্সিদা মীয়ামগীদমক্তা তৌরকপা থবকশিংগী মনুংদা মশানা খ্বাইদগী পেঙ্খিবদি ষ্টেট সেন্ট্রেল লাইব্রেরী লিংখৎপসিনি। অতোপ্পা অতৈ মরুওইবা থবকশিংদি মহাক্না লাইব্রেবীয়ান ওইরিঙৈদা লাইরিক লিশিং তরেৎ চামঙারোম কলেক্সন তৌদুনা থম্বীরম্মী, মসিগী মনুংদা যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎপু ফাঁসি তৌদনবা মনমোহন ঘোশ কৌবা বাঙ্গালি মচা কলকটা হায কোর্টকী অফাওবা উকিল অমনা বৃটিশকী মথক্তা থাঙ্গৎপা কেশকী ৱারোল য়াওবা পুববী পুস্টক, পুনা, বোম্বেনা ফোঙবা লাইরিক্তু থওইনা চেল্লগা মণিপুরগী মীযামদা খঙহন্নবা সেন্ট্রেল লাইব্রেবীদা থম্বীরম্মী। লাইরিক অসি অতাঙবা লাইবিকশিংগী মনুংদা অমনি। ইং কুমজা ১৯৬১ দা সবকারনা মঙোন্দা শিন্নরকপদগী মহাত্মা গান্ধীগী সেন্টেনরী সেলেব্রেসনগা মরী লৈননা গান্ধীগী ওটোবাইওগ্রাফীনচিংবদগী মশক নাইবা লাইরিক ১২ / ১৩ রোম মণিপুবীদা অনুবাদ তৌহল্লগা লাইব্রেরীদা থম্বীরম্মী। মসিগী মথক্তা সরকাবগী মতেঙনা বাঙ্গলা সাহিত্যগী মশক নাইবা উপন্যাস কুনলোম ইমালোন্দা হন্দোক্লগা সেন্ট্রেল লাইব্রেরীদা থনম্মী। বাঙ্গলা সাহিত্য য়াওদনা ভারতকী সাহিত্য মপুং ফাদবা অঙনবা মতমদুদা মহাক্না তৌরম্মীবা থবক অসি শিংথানিংঙাইনি।

মাগী পুন্সিদা তোঙান তোঙানবা বিভাকশিংদা মান্নদবা ফম কয়ামুক পায়দুনা থবক তৌরম্মী। বৃটিশ পোলিটিকেল এজেন্টকী ওফিসতা কেরানি ওইনা (১৯৩৯-১৯৪৪), মহারাজ বোধচন্দ্রগী কোনুংগী ওফিসতা ওফিস এসিসটেন্ট এদিসি, প্রাইভেট সেক্রেটরি (১৬। ৩। ১৯৪৪-১৯৫০), তম্ফাসনা অমসুং রামলাল পাল স্কুলদা ওঝা ওইনা (১৯৫১-১৯৫৮ চাওরাক্না ওইথোকপা য়াবা), দিষ্ট্রিক্ট লাইব্রেরীগী লাইব্রেরীয়ান ওইনা (১৬। ৯। ১৯৫৮-১৫। ৩। ১৯৭২) জৱাহরলাল নেহরু ইউনিভর্সিটি সেন্টর ওফ পোষ্ট গ্রেজুয়েট ষ্টদিজদা মণিপুরীদা

লোল অমসুং সাহিত্য বিভাগতা এসিসটেন্ট প্রোফেসার ওইনা (১৯৭২-১৯৭৪)। মসিগী মথক্তা সাহিত্যগী লূপশিংগী মরুওইবা থৌসু পুরম্মী। মহারোল সাহিত্য প্রেমী সমমিটগী প্রসিদেন্ট ওইনা (১৯৭৩-১৯৭৪), দি কলচরেল ফোরম মণিপুরগী প্রসিদেন্ট ওইনা (১৯৮৫-১৯৮৭)। পাবুং আনন্দমোহনগী মতিক মগুণ খঙবদগী সাহিত্য একাদেমী, নিউ দিল্লীনা শিন্নরক্কুনা Bibliography of Indian Literature গী মণিপুরী সেক্সন ভোলুম ৫ / ১৯৮৯ মহাক্না কম্পাইল তৌরম্মী। হৌজিক মোংশাঙ্গৈদা লৈবিবা T.S. Paul Manipur Women's College অসি মহাক্না প্রসিদেন্ট ওইবা কমিটি অমনা লিংখৎলম্বনি। মহাক্না ইডিটর ওইদুনা ইং ১৯৭০ দা গান্ধীজি নীংশিং চেফোঙ ফোঙখি। মহাক মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালগী লাইফ মেম্বরসু ওইরম্মী। পাবুং ময়েংবম আনন্দমোহনন্না মখাগী লাইরিকশিং অসি মশামক্না ইরম্মী অমসুং অতোপ্পা লোলদগী মণিপুরীদা হন্দোকলম্মী। (১) ৱাবেং শৈরেং অরিবা, (২) ডোক্তর, (৩) গ্রেজুয়েট, (৪) অঙাংগী ৱারী, (৫) শিক্ষাঃ শ্রীমা ওন ইদুকেশন (হন্দোকপা), (৬) ৱাবেং মরি, (৭) অরাম্বম দবেন্দ্রজিৎকী পুন্সি অমসুং সাহিত্যদা তৌবম্বা দান (ইংলিসতা) (৮) ববিন্দ্রনাঠ টেগোবগী "রাজা" বু নিংথৌ হায়না হন্দোকপা, (৯) শিলোং ১৯৪৯ অসিনচিংবনি। মসিগী মথক্তা তোঙান তোঙানবা চেফোঙশিংদা অমসুং সেমিনার কনফরেন্সনচিংবদা আর্টিকল ইদুনা ফোংখি অমসুং পাথোকখি। অহল ইবুংঙোনা তৌবিরম্মীবা থবকশিং অসিবু শকখঙবিদুনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা ইং ১৯৯৫ তা "সাহিত্য ভূষন" উপাধি পীদুনা ইকাইখুম্নবা উৎখি। মণিপুর ষ্টেট কালা একাদেমীনসু পাবুং আনন্দমোহন্না মণিপুরী লিটরেচর অমসুং কলচবগী লমদা তৌরকপা দানবু শকখঙবিদুনা ইং ১৯৮৯ দা ফেলো পীখি।

লাইব্রেরী হায়বসি লাইরিক লাইশু হৈবশিং অমসুং হৈনিংবশিংগী পূনফম্নি। লাইব্রেরীগী মকোক লাইব্রেরীয়ানগী চেন্দবা য়াদবা মগুণশিং হায়বদি ৱাঙাং শাঙাং ফজবা, ব্যবহার লৈবা, মী খোনবা, লাইরিক হৈবা, মীবু মতেং পাংনিংবা, ইংবা তপ্পা, নোকমী নোকমীবা মায়থোং হায়রীবা গুণশিং অসি লাইব্রেবীয়ান হায়বা শিনফমসিদা মণিপুরগী লমযানবা ওইখিবা ময়েংবম আনন্দমোহন্দা লোয়নমক য়াওই হায়বা য়াই। মহাক্কুম্না লাইব্রেবীয়ান অতাঙবনি। ইরোম্নুংদা মণি মুক্তা লৈ। ঙায়োক পুখ্রিদা ঙাক ঙা লৈবা নত্তে থাজদবা খোংবান শিৎপদসু

ইথা হেক থাজদনা ঙা ময়াম লৈরম্বা অঙকপা নত্তে। হেক য়েংবদা মীশোন মানবা পাবুং আনন্দমোহন মণিপুরগী ইতিহাসতা মরৈবাক মজাতীবু নুংশিজরম্বা মীশকশিংগী মনুংদা অমনি হায়বসি মাগী লাইরিক "শিলোং ১৯৪৯" পাবদগীসু খঙবা ঙম্মী। মসিগী মথক্তা বীর টিকেন্দ্রজিৎপু ঙক্তা থৌরী থুদুনা হাৎখিবদুগী বিচার চথবগী লাইরিক থওইনা চেল্লগা মদুগী কপী ময়াম অমা মীয়ামদা ফংহন্দুনা পাহন্নবা হোৎনরম্মীবা মাগী নুংগী ৱাখল্লোন ঙসিগী মীরোলনা কুপ্না নৈনবা চুম্মী।

মতেঙ লৌখিবা লাইরিক / চেফোঙশিং -

1. Souvenir - First State Level Seminar on "Movement and Standard of Public Libraries in Manipur, 11-12 August, 1987. Editor-L. Gojendro & Published by MALA, MSKA & Art & Culture, Manipur

2. Librarygee Echou - A journal of MALA. Editor-Dr. Th. Khomdon Singh & L. Gojendro Singh

3 Shillong 1949-M. Anandomohon Singh & Published by M. Akshoykumar, 2005



# ময়েংবম অক্ষয়কুমার সিংহ

ময়েংবম অক্ষয়কুমার সিংহ ইং কুমজা ১৯৪১ গী ফেব্রুৱারিগী তাং ১ দা কৈশামথোং এলাংবম লৈকাইদা পোকখি। অপোকপা অপোকপী রাধামোহন অমদি চাওবীহল দেবী অনিগী মচা যাইমনি। মচিন মনাও মচল পুন্না মরিনি। আনন্দমোহন সিংহ মপাবুংগা পোকমিনবা মখুড়ানি। মতম চুপ্পদা মখুড়ানা লাইরিক তম্বদা মপূক্লিং থৌগৎপিবনা মীয়াম মরক্তা তিনজবা ঙম্বনি হাযনা মখুড়াবু নুংশিনা মপূক্লিংদা থাগোনজৈ।

লাইরিক লাইশুগী লমদা অক্ষয়কুমার সাইকোলোজিদা এম. এ. পাস তৌখি। European Mental Hospital Kanke: Ranchi দা Diploma in Medical and Social Psychology (DM&SP) দা চহি অনি (১৯৬৮-৭০) ট্রেনিং তৌরুরবা মতংদা ইং কুমজা ১৯৭৪দা মেন্টেল হেলঠ প্রেফেসনেল ওইনা General Hospital Lamphelpat তা Clinical Psychologist ওইনা থবক তৌবা হৌখি। Medical college লিংখৎলকপগা লোইননা ইং কুমজা ১৯৮০ দা Asst. Professor ওইনা MBBS ছাত্রশিংদা Psychology and Psychiatry তম্বীখি। মথং মথং প্রমোশন ফংদুনা Professor গী থাক ফাওবা য়ৌখি।

শিংথাবা য়াবা থবক থৌরমশিংগী মনুংদা Deptt of Clinical Psychology, RIMS হাংদোক্লুনা M.Phil Clinical Psychology (2 yrs Course) ইং কুমজা ২০০৩ দা হৌদোক্লুনা North East States শিংগী ছাত্রশিংদা Course অসি তম্নবা খুদোংচাবা ফংহনখি। Course অসি ভারত সরাকারগী Statutory Body অমা ওইরিবা Rehabilitation Council of India গী অয়াবা ফংলবা Course অমনি।

মেন্টেল হেলঠকা মরী লৈনবা আর্টিকল National Journal অমদি মপান লমদা ফোংবা লাইরিক্তা ফোংদোক্লুনা মেন্টেল হেলঠকী মরমদা থৱায় যাওবা মীশক অমনি। Seminar, Workshop অমদি Training Programme দা

Resource Person অমা ওইনা Paper পুথোকপা, moderator অমা ওইনা তত্তনা শরুক য়ারিবা মীশক অমসু ওইরি।

Culture বু নুংশিবা মীশক অমা ওইনা Theatre অমদি ফিল্মদসু আর্টিশ অমা ওইনসু শরুক য়াবা মীশক্নি। মবুধি-মরৌশিং শোনজবা শোইনাইরবা মীওইশিংগী য়াইফনবা খনবা মীশক অমা ওইনা Special Olympic Bharat Manipur chapter সংস্থান লিংখৎতুনা থৌদাং য়ারিবা মীশক অমসু ওইরি।

অতৈ সংস্থানশিংগী মেম্বর ওইনা সোসিয়েল ৱার্ক অমদি প্রোফেশনেল সাৰভিস তৌরি, মরুওইবা খুৎশম্নরিবা সংস্থানশিংদি ঃ

- Indian Association of Clinical Psychologist Professional - Life member
- Red Cross Society of India - Life member
- Manipur Sahitya Parishad - Life member
- Indian Psychiatric Society Manipur Branch - Life member
- Special Olympics Bharat Manipur Chaptre- President
- The Royal Theatical Club, Imphal - President



# ডাঃ মোইরাংথেম কীর্ত্তি সিংহ

ডাঃ মোইরাংথেম কীর্ত্তি সিংহ, পদ্মশ্রী ইম্ফালদা ইং ১৯৪৩ ফেব্রুৱারী ১ দা পোকই। লৈফম্না কোংবা উচেক্কোন, ইম্ফাল ইষ্টনি। বি এ ওনর্স, এম এ ফিলোজোফি, এল এল বি, পি এৈচ ডি অমদি দি লিটনি। শক্লাইরবা ইদুকেসনিষ্ট অমদি অইবনি। আশাগুপ্তগা যুম্বান পুন্সিদা খোংদাদুনা মচানুপী অমা লৈরে। গৌহাটি অমদি রাঞ্চি য়ুনিভসিটিদা মহৈ মশিং তম্লকখি। তৌরম্না থবকশিংদি ঃ লেকচর, জি পি রুমেন্স কোলেজ ১৯৬৪-৬৮; সেনিয়র লেকচর, ডি এম কলেজ ওফ আর্ট এন্দ কর্ম্মস ১৯৬৮-৭৫, রিদর / সেলেক্সন গ্রেড লেকচরর / হেড, ফিলোজোফি ভিবাগ ১৯৭৬-৯৪ ফাওবা; ভাইস প্রিন্সিপাল ওইনা ১৯৯৪-৯৬ ফাওবা; প্রিন্সিপাল ওইনা ১৯৯৭-২০০১ ফাওবা ওইরম্লবা তুং মণিপুর সরকারগী ইদুকেসন ডাইরেক্তর ওইনা ২০০১ দা থবক্তগী পোত্থাখি।

থবক্তগী পোত্থাববা তুংদা তোঙান তোঙানবা সংস্থান কয়াগী ফেল্লো ওইখিশিংগী মনুংদা - ভাবতিয়া ডলিট সাহিত্য একাডমি, ইন্টরনেসনেল বাইওগ্রাফিকেল রিসার্চ ফাউন্দেসন, য়ুনাইটেট রাইতর্স এসোসিএশন, এসিয়াতিক সোসাইতি, মণিপুর ষ্টেট কালা একাডেমি, রোয়েল এসিয়াতিক সোসাইতি নচিংবা পনবা য়াই।

মহাক্না শম্লবকখিবা সংস্থানশিংগী মনুংদা - নহারোল সাহিত্য সভা, মণিপুরী সাহিত্য সমিতি, মণিপুব এষ্ট্রোলোজিকেল সোসাইতি (ফাওন্দর সেক্রেটরী), ওল ইন্দিয়া ওরিয়েন্টেল কোন্দরেন্স, ইন্দিয়ান সাইন্স কংগ্রেস এসোসিয়েসন, এসোসিয়েসন ওফ ইন্দিয়ান আর্কাইভিষ্ট অসিনচিংবনি। তোঙান তোঙানবা কমিতি অমদি বোর্ডনচিংবদসু মেম্বর ওইরকপগী মনুংদা - ১৯৭৪ অমদি ১৯৯৯ গী মণিপুর সবকারগী টর্মিনোলোজি কমিতি ইন ফিলোজোফি, ভারত সরকারগী মিনিষ্ট্রি ওফ এচ আর ডিগী কলচর ভিবাগকী এডভাইজরি কম্মিটিগী এক্সপার্ট (১৯৯৮), মণিপুর য়ুনিভর্সিটিগী গান্ধিয়ান ষ্টদিজ সেন্টরগী এডভাইজরি কম্মিটি (২০০০), এ বি আই (য়ু এস এ) অমদি আই বি সি (য়ু কে)গী রিসর্চ বোর্ড ওফ এডভাইজরসকী মেম্বরনচিংবা পনবা য়াই।

খবর, মেগাজিন, জর্নেল কয়াগীসু মেম্বর ওইনা এডিটোরিয়েল টিমদা যাওরকপদা নত্তনা কলমনিস্ট অমসু ওইরকখি। মহাক্কী লমজিং মখাদা পি এচ ডি মঙা পুথোকখ্রে অমদি মরিনা হৌজিক হৌজিক রিসার্চ তৌরি। লাইরিক ৩০ ফোংখ্রে। রিসার্চ পেপব কয়া জাতিগী / অন্টরজাতিগী থাক্তা ফোংবা জর্নেলশিংদা অমদি কনফরেন্স প্রোসিদিংশিংদা ফোংখ্রে। মেমোরিয়েল লেকচর কয়াসু পিখ্রে, সেমিনার কনফরেন্স কয়াদসু শরুক যাখ্রে। অইবসিনা ফংখ্রবা মনাশিংদি-

১। পদ্মশ্রী-১৯৯২
২। এ বি আই মেন ওফ দি ইয়ার (য়ু এস এ) - ১৯৯৭
৩। ভারত এক্সলেন্সি এৱার্দ - ১৯৯৮
৪। বাইজিং পর্সোনেলিটিজ এৱার্দ - ১৯৯৯
৫। গভেস্মা অচার্য্য, জোতিস রত্ন, মেন ওফ এচিফমেন্ট - ১৯৯৯
৬। সেক্যুলর ইন্দিয়া হার্মোনি এৱার্দ - ১৯৯৯
৭। গ্লোরি ওফ ইন্দিয়া এৱার্দ - ২০০০
৮। নেতাজি সুভাসচন্দ্র বোস নেসনেল এৱার্দ-২০০২
৯। গোল্ড ষ্টার এৱার্দ-২০০২
১০। লাইফ তাইম এচিবমেন্ট এৱার্দ -২০০২
১১। বেষ্ট সিটিজন ওভ ইন্দিয়া - ২০০২
১২। ডাঃ এমবেডকর নেসনেল এৱার্দ (দিল্লী)-২০১০
১৩। বেষ্ট রেকোর্দ কিপ্পর, মণিপুর ষ্টেট আকাইবস - ২০০৮
১৪। সার্টিফিকেট ওফ এপ্রেসিয়েসন, মণিপুর লাইব্রেরী এসোসিএসন (মালা) - ২০১২ অসিনচিংবা



## হাওবম সনাজাওবা

হাওবম সনাজাওবা সেপ্টেম্বর ২০, ১৯৪৬ দা ক্যামগৈ মমাং লৈকাই, ইম্ফাল ইষ্ট দিষ্ট্রিক্টতা পোকখি। এদুকেসনগী মঙালদি ক্যামগৈ এল পি স্কুলদা লব্রাব প্রাইমারি এদুকেশন, কাঞ্চিপুর হায়স্কুলদা প্রাইমাবিদগী সেকেন্দরি এদুকেশন অমসুং দিএম কলেজদা গ্রেদুয়েসন (১৯৬৯-৭০) ফংখি। ক্যামগৈ আইদিয়েল হায়স্কুলদা ওজা ওইখি।

ঙল্লিঙৈ মতমদগী হৌনা খুন্নাইগী ওইবা থবক কয়া তৌরকখি অমসুং খুন্নাইগী লুপশিং কযাগা লোয়ননা থবক তৌমিন্নরকখি। *সেল্ফ ইমপ্লোয়মেন্ট বেজ এজেন্সি (সেবা) ইম্ফাল, সেন্টর ফোর এগ্রিকলচর এন্দ ৱেটলেন্দ প্রোটেক্সন, ইম্ফাল, ওল মণিপুর মেনপব্রার অপলিপমেন্ট সেন্টব (অম্মুক) মণিপুব, ওল মণিপুব কলমনিষ্ট য়ুনিয়ন (অমকু) ইম্ফালগী* ফাউন্দব প্রেসিদেন্ট ওইখি। *কংলৈ লোযনশিল্লোন অপূনবা মরুপ (কলম) ইম্ফাল অমসুং ইরমদম মীযামগী অপুনবা খোঙ্জেল লুপ (ইমাখোল)গী* এদভাইজর ওইরি। *নেসনেল রিছার্স সেন্টর, মণিপুরগী* কার্টরলি জর্নেল *'দ ওরিয়েন্ট ভিজন'* (আই এস এস এনঃ ২২৩০-৮০৩২) গী কন্সলটেন্ট এদিটর ওইরি।



## ডাক্তর থৌনাওজম খোমদোন সিংহ

মিং : ডাক্তর থৌনাওজম খোমদোন সিংহ

লৈফম : হাওখা মমাং লৈকাই, থৌবাল-৭৯৫১৩৮

পোকপগী তাং : ০১-০৯-১৯৫২

শিনফম : লাইব্রেরিয়ান

সংস্থান : মণিপুর ইউনিভর্সিতি, ইম্ফাল

মহৈগী থাক : এমঃএঃ, এম এল আই এস, পিএচদি

এক্সপরিয়েন্স : (১) লাইব্রেরিগী শিনফমদা চহি ৩৪

(২) লাইব্রেরিগী ওজা ওইনা চহি ১০

চেফোঙ : (১) আর্টিকল পুন্না ৫২ শুখ্রে

(২) লাইরিক, মেগাজিন অমসুং সোভিনব ২০গী মথক্তা এডিট তৌদুনা ফোঙখ্রে

কো-ওর্দিনেটর : সেমিনাব / ৱার্কসোপ ৫গী কো-ওর্দিনেটব ওইখ্রে

রেডিও অমসুং তি.ভি. দা ৱাঙাংবা : এ আই আর অমসুং রেডিওদা ১২ রক ৱা ঙাংবা ফঙজখ্রে

প্রোজেক্ট : শোক ২০১০ দা আই সি এস এস আরগী প্রোজেক্ট অমা মাই পাক্লা লোইশিনখ্রে।

অতৈ-অতৈ : ভারতকী অমসুং ষ্টেটকী ওইবা লাইব্রেরিগী অমসুং সাহিত্যগী সংস্থানশিংগী মেম্বরশিং ওইদুনা অচৌবা থৌদাং লৌরি। হৌজিক হৌজিক মণিপুর সাহিত্য সমিটি থৌবালগী প্রেসিদেন্ট ওইরি। হৌজিক হৌজিক মণিপুর ষ্টেট অরকাইভস, মণিপুর ষ্টেট প্লানি, কমিটি অমসুং মণিপুব ষ্টেট কালা একাদেমিগী কমিটি মেম্বর ওইরি।



# ডা. শরতচন্দ্র লোঙ-জোম্ব

ডা. শরতচন্দ্র লোঙ-জোম্ব - শিংজমৈ থোঙাম লৈকাই, ইম্ফালদা ওগষ্ট ১, ১৯৬০ দা পোকখি। মহাক্কী থাক্লা গৌহাটি য়ুনিভর্সিটিগী বি.এ. ওর্নস, জে এন য়ুনিভর্সিটিগী এম এ অমদি মণিপুর য়ুনিভর্সিটিদগী পিএইচ দি (লিটরেচর)নি। শিনফম্না ইম্ফাল কলেজ, ইম্ফাল অমদি খা-মণিপুর কলেজ, ককচিংদা ওজা ওইরম্লগা হৌজিক ডি.এম. কলেজ ওফ আর্টস, ইম্ফালদা ওঝা ওইরি।

ফোঙলবা কৃটিসিজমগী লাইরিক মঙা শুরে। মদুদি -

১। **সাহিত্যদা কৃটিসিজম** (২০০০)

২। **মণিপুরী শৈরেংগী মশক** (২০০০)

৩। **ইরাবতকী শৈরেংদা নীংতম-ঈহৌ** (২০০৮)

৪। **কৃটিসিজমগী মীৎয়েংদা** (২০১০) অমদি

৫। ব্রারেং শৈরেং **খরগী নৈনবা মশক** (২০১১) নচিংবা।

ইং ২০০৫ দগী ২০০৭ ফাওবা দ কলচরেল ফোরম মণিপুর, ইম্ফালগী জেনরেল সেক্রেটরী ওইবম্মী। ইং ২০০৬ তগী ২০০৯ ফাওবনা দ সোর্ট স্টোরী সোসাইটি ওফ ইন্দিয়া (মণিপুর চেপ্টর)গী ভাইস প্রসিদেন্টগী থৌসু পুরম্মী।

**নহারোলগী থৌদাঙ** (পাউচে) গী শগোলশেলগী সাহিত্যগী অখন্নবা ইশুগী ইং ১৯৯৭ তগী ঙসি ফাওবা লাইরিক নৈনবা (বুক রিভিউ)গী সেনিয়র কলম্নিষ্ট ওইরি। **ঐখোয়গী পন্থুং** (থাগী চেফোঙ) গী লাইরিক নৈনবগী কলম্নিষ্ট অমা ওইনা ইং ২০০২ দগী ঙসি ফাওবা থৌদাঙ লৌরক্লি।

ষ্টেট অমদি নেসনেলগী থাক্তা (মণিপুর অমদি মপান মণিপুরদা) পাঙথোকপা সেমিনারদা চে ২০ গী মথক্তা পাখ্রে। কৃটিকেল এসে-৫০ গী মথক্তা অখন্নবা চেফোঙ অমদি লাইরিক খরদা ফোঙখ্রে।

**সাহিত্যগী মনা ফংথ্রবা খরা ঃ** ইং ২০১১ গী ওক্তোবর ১৫ দা এল দি এম আর্ট সেন্টর, ইম্ফালনা **নেসনেল কৃর্টিক এৱার্দ, ২০১১** অমদি ইং ২০১১, নবেম্বর ৭ তা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, মেঘলায় (শিলং)না **কৃটিক এৱার্দ, ২০১১** পীখ্রে।

মসিগী মথক্তা এ আই আর, ইম্ফাল (১৯৬৩) গী এপ্রুভ প্লেরাইট অমসু ওইবি। ইং ২০০৯ দা **পোলোইদা ফংহৌরবা মৈচাক** অমদি ইং ২০১২ দা **অনৌবা য়েন্নিং** - ব্রোদকাষ্ট তৌখ্রে। এ আই আর, ইম্ফালগী সাহিত্যগী ৱাঙাংলোয় (literary talker) অমা ওইনা ইং ২০০১ দগী লৈরক্লি।





# শ্রীকাংজম চাউবা সিংহ

শ্রীকাংজম চাউবা (জানেশ্বব) সিংহ লৈখিদ্রবা কাংজম যাইমা অমসুং শাইখোম নিঙোল কাংজম ওংবী মোমোন দেবীগী অহানবা মচা ওইনা ইং কুমজা ১৯৫৭ কী ফেব্রুৱারী তাং ৩ দা তাইবঙদা ফাওরকখি। লৈফম্না লাংথবাল মন্ত্রিখোং মখা লৈকাইনি, মহৈগী থাক কর্ম্মস অমসুং লাইব্রেরী এন্দ ইনফোবমেশন সাইন্স অনীসিদা মাষ্টব দিগ্রী পায়রে। সনাহনবীগা য়ুম্বানমিন্নদুনা মচানুপা অনী মচানুপী অমা লৈরে। ঙল্লিভৈদগী হৌনা লাইরিক লাইশু, শান্ন-খোৎনববু যোকখৎপা পামজবকই অমসুং মীয়ামগী থবক্তা মাঙজিল থানা চোংথোক্লুনা য়াওবকই। মণিপুর লাইব্রেরী এসোসিয়েসন (মালা) লিংখৎপদা খ্বাইদগী চাওবা থৌদাং লৌখিবা মীশক্লি। মসিমক্তনা লূপ অসিগী অহানবা জেনরেল সেক্রেটরী ওইখি। সাহিত্যগী লমদা মশাগী শৈরেং লাইরিক অমা ফোঙখ্রে। লোযননা মালাগী লাইবিক খবগীসু ইদিটব ওইখ্রে।

যাম্না ঙল্লিভৈদা লাইব্রেবীগী ঈহৌগী লম্বী য়াৎপা ওইনা লাইব্রেবীগী মরমদা ওল ইন্দিযা রেদিও, ইম্ফালদা কয়ারক ৰা ঙাংখ্রে অমসুং লাইব্রেবীগী ৱারেং কয়া ইদুনা পাউ-চে, মেগাজিন অমসুং জর্নেলশিংদা ফোংখ্রে। লীলা দ্রামাবু পামজবা অমসুং যোকখৎপা ওইনা মৈতৈ আর্টিষ্ট য়ুনিয়ন, মোংশাঙ্গৈগী লীলাবোই অমা ওইদুনা দ্রামা থবদা শরুক যাখ্রে। হৌজিক হৌজিক্লা গর্ভর্নমেন্ট পোলিটৈক্নিক, ইম্ফালগী লাইব্রেরিয়ান (সেলেক্সন গ্রেদ) ওইনা থবক তৌবি।

মণিপুর লাইব্রেরি এসোসিএশন, ইন্দিয়ান লাইব্রেবী এসোসিএশন, নিয়ু দিল্লী অমসুং ইন্দিয়ান এসোসিয়েসন ওফ স্পিসিয়েল লাইব্রেবিজ এন্দ ইনফোর্মেসন সেন্টর, কলকতা অমসুং মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালগী লাইফ মেম্বর ওইরি।

# ইডিটরগী মরমদা



শ্রীনিংথৌজম ইনাওচা সিংহ, ইং কুমজা ১৯৫৬, ওক্টোবর ১৮ দা শ্রীনিংথৌজম বিধু সিংহ অমসুং রাজেংবম নিঙোল নিংথৌজম ওংবী গোমতি দেবী অনিগী মপাবী ওইনা শিংজমৈ চীংঙামখাদা ওইবং ফাওখি। মচিল মনাও নিপালগী মনুংদা অহুমশুবনি। মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়গী মখাদা বি.এসসি অমসুং দিপ্লোমা ইন হুমেন রিছোর্স মেনেজমেন্ট লোইশিনখি। নহা ওইরিঙৈদগী অকে অমৌ তুং ওইনদুনা লাকই। মতম খুদিংদা শোক্লবা মরমদম মণিপুরগী চাওখৎনবা রাখল খন্দুনা লাকই। মসিমক্না মহাক খুন্নাইগী থৌমী অমা ওইনা তোঙান তোঙানবা ভোলুন্টরি ওর্গনাইজেশন কয়াগা খুৎশম্নবগা খুন্নাইগী থবক তৌবা তৌবকখি। এদুকেশনেল গাইদ সেন্তর, শিংজমৈগী ফাউন্দিং প্রেসিদেন্ট ওইনা লাইব্রেরী মুভমেন্টদা শরুক যাবা তৌবকখি। লোয়নানা ফ্রি কোচিং সেন্তর হাংদোক্লুনা খুন্নাইগী মচৌ-মচা শেমগৎনবা মাইকৈদা পুক্নিং চংবা তৌবকখি। এন্টি দ্রগ এন্দ এক্সন কমিতি, শিংজমৈ, শিংজমৈ এরিয়া দিভেলপমেন্ট কমিটিগী থৌপুবা ওইনা তৌবকখি। মণিপুরগী ভুমথোংদা লৈরিবা কাংখা কলাব পাব্লিক লাইব্রেরী অমা থম্নবা মাওই কয়াদগী লাইব্রেরিক খোমজিন্দুনা হোৎনবদগী [illegible] পাব্লিক লাইব্রেরী অমা মহাক্কী লমজিং মখাদা থম্না ঙমখ্রে। মণিপুরগী মফম কয়াদা লাইব্রেরী মুভমেন্ট চাওখৎনবা চোকথবা নাইদনা হোৎনরি। খুন্নাইগী থবক পুক্নিং শেংনা কন্থোকপগা লোয়নানা তৌবগীদমক ইম্ফাল দিষ্ট্রিক্টকী ওইনা দিপার্টমেন্ট ওফ যুথ এফেয়ার্স এন্দ স্পোর্টস, গোভর্নমেন্ট ওফ মণিপুরনা 'যুথ এৱার্ড ১৯৯০-৯১' থৌশিল্লদুনা ইকাই খুম্নবা উৎপিখি। হৌজিক হৌজিক মণিপুর লাইব্রেরী এসোসিএশনগী প্রেসিদেন্ট গী ফম পুদুনা মীয়ামগী সেবা তৌরি।

—মালা

₹ 100.00




Manipur Library Association
(MALA), Imphal

ISBN 81-923228-6-5

